# ꯃꯤꯅꯥ ꯃꯤꯒꯤꯗꯃꯛ

# মীনা মীগীদমক





অইবা
ড° ভূপেন হাজরিকা

হন্দোকলিবী
এন অনীতা

## Some opinion
## about the boo

The translation work
Smt. N. Anita De
Assamese to Man
commendable. She i
appreciated by all secti
society in Manipur an
The lyrics of Dr
Hajarika have no
translated. This will
understand the s
Assamese.

*–P. Parijat Singh.*
*Minister of Art &*
*Manipur, 04.12.2007*

ইবেম্মনা ভূপেন হাজরিকা
মণিপুরীদা হন্দোকপা
থাগৎনীংঙাইনি। অসামগ
নকশিন্নহনবদা অচৌবা মতে
নীংজৈ। মতুংদসু চঙশিল্লিব
লেপ্পিবা য়াদ্রে। মঙ্গল পীজরি
—প্রো এন. তোম্বী সিংহ
ইম্ফাল,

To,
Ms. Anita Devi
With all good wishes f
more and always bette

*–DeboPrasad Baroo*
*04.12.2005*

# ꯃꯤꯅ ꯃꯤꯒꯤꯗꯃꯛ

# মীনা মীগীদমক

(ড॰ ভূপেন হাজরিকাগী ঈশৈ খরা)




অফোঙবা :
ডা এন. বজ্ঞিৎ সিংহ
নবরুণ পথ, জটীয়া, কাহিলিপারা রোড,
গুরাহাটী - ৭৮১ ০০৬
অসাম
ফোন : ০৯৪৩৬৭০৪৪৯৫

অহানবা ফোঙবা :
২০০৮

মমল : লুপা ১৯৫ /- ( লাইব্রেরী এডিসন )

মখুম :
হন্দোক্লিবী অমসুং দিতিমনি গগৈ

# কংচবা

ইবগী থবকপু তত্তনা পুন্নীং
থৌগৎপিখিবা ইচা অনী— নিঙোম্বম
দেবজ্যোতি, অনুবাধা অমসুং
ইপুবোইবা
[illegible] ম্বম [illegible]ঙ্গিংকী মফমদা

[illegible] অনীতা

# য়াওফম

# Few Words

I am happy at the constant effort of N. Anita to publish the second edition of her book by the name *Meena Meegidamak* which is a translation of my songs into Manipuri language adding few more songs to the first edition which was named as *Chingna Eigee Panthou Tamna Eigee Palem* (2005). In this book few words and sentences are being changed from the original with my full consent. I hope the effort being made by N. Anita will strengthen the bridge between Assam and Manipur in the field of Art & Culture as well as literature. I wish through her work let Assam and Manipur be more understanding and closer to each other. I wish all the best for success to N. Anita and my heartiest greetings for 'SAJIBU' to all the people of Manipur.

Guwahati
05-04-07

**Bhupen Hazarika**

# হায়জনীংবা খরা

মণিপুরী সাহিত্যবু সেবা তৌজনীংবা, মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলদা লৈশক থীরবসু, নুংশি লৈনম চেন্দ্রবসু শৈরেং চারা খরা থাজনীংলুবা অসিনা মরম ওইরদুনা হোৎনজখিবনি অহানবা ঐগী লাইরিক *চীংনা ঐগী পম্বৌ তম্না ঐগী পলেম* (২০০৫)। নুংশিবীদুনবু ওইরবসু থৌগৎপীববসু ওইরবসু অপাবশিংনা থাগৎ ব্রাহে হায়বিরকপা, মরূ ওইনা মণিপুরী সাহিত্যগী লম্‌দা হীরম পূম্বদা হৌজিক তম্ফা থিনবগুম অখন্ননা ঙাম্মোইবিরিবা অহে-অশিং কয়াগী মরূ ওইরবা অমা ওইরিবা ইকায়খুম্নজরবা ওজা ডা নোংমাইথেম তোম্বীনা ঐহাক্কী পায়খৎচখিবা থৌদাংবু থব্রায় য়াওনা থাগৎপীখিবা, অসমীয়া লাইবিক অতৈসু মণিপুরীদা হন্দোক্লকখিগনি হায়বগী আশা থম্বিবা লোয়ননা ভূপেন হাজরিকাবু মশক মুন্না তাকপা ঙম্বা ঈশৈ মখল শুনা য়াওবা, হাজরিকাগী বাইওগ্রাফিগা লোয়ননা চেনা চামরোম পানবা লাইরিক অমা ওইহনবা চুম্মী হায়দুনা পাউতাক পীবিবদা হেন্না থোইনা থৌনা ফংজরদুনা অনীশুবা লাইরিক অসি হান্নগী লাইবিক অদুদগী অহেনবা অনুবাদ খরা হাপচিল্লগা *মীনা মীগীদমক* মমিং থোন্দুনা য়াম্না থুনা পুথোকপগী থম্মোয়দা ইনিন অমা ফাওরকখি। ঐগী হন্দোকচববু ওঝানা মুন্না পাবীবদুন পাক শন্না নৈনবিদুনা *পোক্লফম* চেফোঙদা থাঙ্গৎপীখি। হন্দোকচরিবা ঈশৈশিং অসি ভূপেন হাজবিকাগী খোমজিনবা ঈশৈগী লাইরিক *গীতাৰলি* (১৯৯৩) দগী লৌথোকচবনি।

য়াম্না নক্লবা বাজ্য অমা ওইনা অসামগী ট্রেডিশন, কলচববু সাহিত্যগী মতেংনা মণিপুরনা শকখঙবা, অমরোমদা অদুম তৌনা মালেম মাঙদা চাউথোক্লীংঙাই ওইববা, য়াম্না ঈংনা-তপ্পা, চীং-লেম্না, মোং-হাদবা খূৎথেক্লা শারবা, মালেমগী জাৎ অমত্তগা মান্নদ্রবা জগোয় কয়া, শান্নবা কয়া, মার্সিয়েল আর্টস কয়ানা ইনাক খুল্লবা মণিপুরী ট্রেডিশন, কলচরবু সাহিত্যগী মতেংনা হায়বদি অসমীয়া লোন্দা হন্দোক্লদুনা আসাম বাজ্যদা য়াম্না নীংথিজনা শক খঙহন্নীংবা, অসিনা মরূ ওইরবা ঐহাক্কী নীংজবা অপাম্ববু শৌগৎপীদুনা ওজানা মেনুস্কৃপ্ট য়েংবিদুনা অচুম অবান তাকপীদুনা লাইরিক অসিবু মশক অমা নাইনা ফোঙহনবা ঙম্বা অসিদা ওজা ডা এন. তোম্বীগী মফমদা কৈদৌঙৈদসু শিংঙম্লরোইদবা লমন অমা তোনশিন্দুনা লৈরগনি। আশা তৌজে, অনীশুবা লাইরিক অসিনসু পাবীরিবশিংগী থম্মোয়দা ড° ভূপেন হাজরিকাগী শৈরেংগী ব্রাহৈনা শোয়দনমক্কী খোম্থাং ওইনা য়ৈরগনি অমসুং ঈশৈগী সুবনা শোয়দনমক্কী ঈথক হৌহল্লরগনি।

অমরোমদা, থোইদোক হেন্দোক্লা ৱাবীখিবা অমসুং মতেং পাংবিখিবা শ্রী বি. এস. রাজকুমার অমসুং ইপ্পা ইমোজীৎ নিংঙোম্বমগী মফমদসু ঐনা লমন তোনশিঞ্জরে। মখোয়দা ঐনা থম্মোয় শেংনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। ইন্টরেষ্টিং ওইরবা ৱাফম অমনা, লাইরিকসি প্রেসতা শাগৎলিঙৈদা ঈশৈগী মরীক চুম্বা অর্থবু লৌশিনবগা লোয়ননা থৱায় য়াওনা ঈশৈ ময়েকশিংগী মতাংদা ৱাখল ফোঙদোকপীরকপা ইবুংঙো ইবোথোইবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি। মসিগা লোয়ননা লাইরিক অসিগী অরোইবা মশক শাগৎলকপদা চাউনা মতেং পীবিখিবা কংলা প্রিন্টর্স, গভর্নর রোড, ইম্ফালগী প্রোপ্রাইটর ইপ্পা ইন্দ্রলাল নিংঙোম্বমবুসু থম্মোয় শেংনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ৱাফম অমনা, লাইরিক অসিদা শৈরেংগী মমিং ওন্থোকপা অদুগা মণিপুর, উখ্রুল, ককচিংনচিংবগী মিং থরসু য়াওবা থেংনবিগনি। মসি ভূপেন হাজরিকাগী ওরিজিনেল শৈরেংদা য়াওবা নত্তে। ঐনা ভূপেন হাজরিকাগী অয়াবা লৌজরগা শেমদোকচবনি। ৱাফম অসি ভূপেন হাজরিকানসু মাগী 'Few Words' হায়বা অসিদা পনবা থেংনবিগনি।

লাইরিক অসিনা মণিপুর অমসুং অসাম লৈবাক অনীগী মরক্তা থম্মোয়গী ওইবা থোং মচা অমত্তং ওইরবসু শাবা ঙম্লবদি হোৎজরিবা অসিগী মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজগনি।

নিঙোম্বম অনীতা
হন্দোক্লিবী

গুৱাহাটী,
২০-০৭-২০০৮

ব্রাহৌদোক

# আসামগী লন, ভারতকী চাউথোক্লীংঙাই ওইরবা ড° ভূপেন হাজরিকা

আসাম লৈবাক্কী ময়োল অমদি কাচিন-কোয়াদা তারিবা মীয়াম খুদিংমক্কী মচীন্দা হেক পনবদা রাগ কয়াগী ঈথিলনা হরাও-নুংঙাইবগী ঈথক-ঈবাং কাহনবা ঙন্বা, মীপুম খুদিংমক্না নুংশিনা ইকায়খুম্নবা শোন্নববা মিং অমনি ড° ভূপেন হাজবিকা। ভূপেন হাজরিকা হায়বা মিং অসিবু হেক পনবদা আসামগী অতিয়া নুংশিত্তা অসমীয়া জাতিগী মশক মতৌ কলা-সংস্কৃতিনা ঈশৈগী ব্রাহে ওইনা সুর ওইনা কোইপাই পাইদুনা লৈবি। মহাক্কী ঈশৈগী ব্রাহৈনা, সুরগী ইপোম্না আসামগী পনখৈবু থুগায়রদুনা মালেম শীনবা থুংনা ঈথক ইপোম হৌহল্লি। নোংপোক মায়কৈদগী য়াকায়রক্লগা কোরৌহনবনা মালেম শীন-থুংনা ঙালহনবগুম ভূপেন হাজরিকাগী মগুণগী মঙালনসু নোংপোক মায়কৈদা তারিবা আসাম লৈবাক অমদি নোংপোক মায়কৈগী ঙমখৈ পুম্নবু নমখায়রদুনা মীয়ামগী ওইরবা, মীওইবগী ওইববা 'গণ-শিল্পী' হায়বা মিংথোন্না ঙসি মহাকপুসু মালেম শীন-থুংনা ঙাম্লোইহল্লি। মহাক্না শল্লিবা পুন্সিগী ঈশৈগী সুরদা য়াওরিবা রাগনা মালেম পুম্নগী মীওইবগী থম্মোয়দা সুরগী ঝংকার হৌহন্দবা য়াওদে। অদুমক্কবু মহাকপু মালেমগী, মীওইবগী লন্নি হায়নবি। ভূপেন হাজরিকা শৈরেংবা, শৈরাংবা, শৈশকপা, গদ্যশিল্পী, সাংবাদিক, ডাইরেক্টর, প্রদ্যুসর অমসুং খ্বাইগী মথক্তা চাউরবা সংস্কৃতি আদর্শগী মশক তাকপিবা শিল্পী অমনি। ভাবত পুম্না য়েংলুবদা কলাগী লম খুদিং শোক্লিবসি ভূপেন হাজরিকাতনি হায়বা য়াই। মহাক্কী যাদু চেল্লবা খোম্লোক্তা অমসুং নীংথিজনা শৈবাংলবা ঈশৈদা সমাজগী, তোঙান-তোঙাল্লবা কাঙলুপকী, তোঙান তোঙাল্লবা শিনফমগী অমসুং তোঙান তোঙাল্লবা জনজাতিগী পুন্সি লাম্লেংনবগী মশকপু উৎপা অমসুং মখোয় পুম্নমক্কী থম্মোয়গী ব্রাহৈনা খোল ওইনা থোকপা, হৌজিক হৌজিক আসামদা খন্ন-নৈনরিবদি ভূপেন হাজরিকাতনি, মীওই অমগী থম্মোয়দগী অতোপ্পা মীওই অমগী থম্মোয়দা থোং শাবা ঙস্নগী পাঙ্গল লৈরবা হৌখিবা ময়ায় ওইরবা শতাব্দীগী খ্বাইদগী কল্লবা অসমীয়া মচা। মতম অমদা চুম্নগী মীচম প্রজাদা থৌগৎহনবা ঙস্নদা মঙোন্দগী অহেনবা অতৈ কনামত্তা থোক্লক্ত্রি হায়নরি। অমুক্কসু হায়নরি ভূপেন হাজরিকাগুম্বা মীওইদি জাতি অমগী মরায়বক্তা য়াম্না তাঙনা থোকই। মরমদি নীংথিরবা খোম্লোক অমসুং ঈশৈতনা জাতি অমগী মশকপু মশাগী মরমদমগী পনখৈবু লালহন্দুনা মালেমগী মফম মফমদা শন্দোকহল্লিবা অসে ভূপেন হাজরিকাতনা পাঙথোকপা ঙল্লি। মরমদি মহাক্কী অতোপ্পা লোন্দা হন্দোক্লিবা ঈশৈ পুম্নমক চপ মান্ননা মীয়াম্লক্তা পোপ্যুলর ওই

অদুগা মদু পূন্নমক্তা আসাম লৈবাক্কী অমসুং অসমীয়া সুরগী মমি তাবা উবা ফংই। ভূপেন হাজরিকাগী পোপ্যুলরিটিনা মতম অমদা খুল্লক লৈরক্কী অহল-লমনগী মরক্তা লাইগী মশক্কুম্না লৌনখিবগীসু প্রমাণ লৈ। মহাক্কী ঈশৈ তাননবগী, মশকপু অমুক্তং য়েংহৌনবগী ঈশৈ মরক্তা তৌরকপা ফাগীবু অমুক্তং তাহৌনবগীদমক অয়ুক্তগী লাক্নুা পূং কয়া কয়া ঙাইদুনা লৈবা মখোয়গীদমক করিসু লৈতবা ৱাফম ওইরম্মী। অদুগা অমুকখক্তি য়াম্না অহল ওইরবা হনুবী অমনা মহাকপু "ভূপেন নঙ অসুক কুইবসে লাই ওইরম্মী, হৌজিক্তি মীৎনা উবা ফংলে, নঙদি মী ওইরে," হায়রদুনা মরায়বক্তা চূপ্লগা আশীর্ব্বাদ পীবিরম্মী। অঙাংগীদমক্তা ইবা ঈশৈ, অঙাংগী খোম্থোক্তা হায়বা ৱাহৈগী ঈশৈনা মহাক অঙাংশিংনসু য়াম্না নুংশিজবা কলাকারনি। মহাক্কী পোপ্যুলরিটিদি অঙকপা ফংই। মিংশেন্দা মমি তাবগুম মহাক্কী ঈশৈদা মালেমসিগী, মীপূম খূদিংগী, কাঙলূপকী, জাতিগী, সমাজগী চপ চাবা মমি তাবনা ওইরম্লে ভূপেন হাজরিকা হায়বা মিং অসিনা মালেম শীনবা থুংনা অখন্নরবা শক্তম অমা ওইরিবসি। মহাক্কী ৱাহৈতনসু অতাবা ময়ামগী মনাকোংদা অসুক্কী মতীক নুংঙাইবা, অপেনবা অমা ফাওহল্লি, হায়বদি সুর পান্দুনা শকপা ঈশৈদগী কৈদৌঙৈদসু তাবা লৈতে। সুর লাইরেম্বীগী থৌজাল ফংলবা পূন্য চেল্লবা সঙ্গীতকী লাইগুম্লবা মীশক অমনি। অদুবু ভূপেন হাজরিকা লাইমক্তি নত্তে। মহাকসু ঈ-তোংনা শেম্বা তাইবং পানবা, তাইবং মীওইবা অমনি। মহাক্কী মপুন্সিদসু হৌরকখি হরাও-নুংঙাই, নুংশি-নুংওনগী ঈথক-ইপোম কয়া। অৱা-অনানা থল্লবা পুন্সিগী ঈপাক্কী কল্লবা ঈরৈদা ঈরাক্লখি মহাকসু। অদুম্নদি ওইরগা মদুদা লূপখিদুনা মশাগী মশকপু কৈদৌঙৈদসু মাঙহনখিদে। অদুবু, মহাক্কী মগুণদা কল্লক কঞ্জাওনরবা, নমথদুনা থম্বা পাম্বশিংনা মঙোন্দা লৈরিবা অপীক অপীকপা অশোয়বশিংবু থিগৎতুনা মহাকপু মিংচৎ থীহনবসু য়াওরি। অশেঙবা সনাবু মৈনা ঈক্লগা হেন্না হেন্না লংখৎলকপগুম ভূপেন হাজরিকাসু পুন্সিগী লাম্থোংনবদা অৱাবা কয়ানা চাকথেক্লগা অশেংবা মগুন্না লংলক্লবা ভূপেন হাজরিকানি ঙসিগী ড° ভূপেন হাজরিকা। সঙ্গীতকী জগত্তা চহী হুম্ফুতরানিপাল মপুন্সি কংথোক্নুা অসমীয়াশিংগী নাকোংদা য়ৈরক্লিবা মিং ভূপেন হাজরিকানা হৌজিক্তি মীয়ামগী থম্মোয়দা মকোল শাদুনা লৈরক্লে অদুগা Living Legend হায়বদু ওইরক্লে। ভূপেন হাজরিকানা লাইরিক তম্লকপা অমসুং সঙ্গীতকী জগৎতা খোঙদারকপা শৰুকশিং অসিদং নৈনবদা মাগী পুন্সিবু ফজনা খঙ্গবা ঙম্মী। ন্যু য়োর্কতা তমদুনা লৈরিঙৈদা তৌরকখিবা Hard Labour গী নুংঙাইরবা ৱারী কয়াসু লৈ।

ভূপেন হাজরিকা খৃ. কু. ১৯২৬ সেপ্টেম্বর ৮ দা অসামগী শদীয়া জিলাদা পোকখি। মহাক্কী অপোকপগী মিং নীলকান্ত হাজবিকা অমসুং অপোকপীগী মিং শান্তিপ্রিয়া কৌই। মচিন-মনাও তরাগী মনুংদা ভূপেন হাজরিকানা খ্বাইদগী অহন্নি। ভূপেন হাজরিকানা মহাক্কী সঙ্গীতকী থৱায় অদু পীক্লিঙৈদগী হৌনা ময়ূমদগী ফংদুনা লাকখি। মহাক্কী মপা নীলকান্ত হাজরিকা কন্সট্রক্টিভ ৱাখলগী শৈরেংবনি। মপাদা নত্তনা মমা শান্তিপ্রিয়াসু নুংশি হৈবী, অখাঙ কনবী ঈশৈ নোংমাইগী মগুণনা মপূং ফারবী শৈশকপী অমনি। মমাগী শাগেগী মীপূম খূদিংমক ঈশৈ নোংমাইদা থৱায় য়াওরবা গন্ধর্ব মগুণ চেল্লবা মীওই অমমম্ ওইরম্মী। অনাদি কৌবা মমাগা পোকমিন্নবা মামা অদুদি তশেং তশেংলবা গন্ধর্ব অমনি হায়না খঙনরম্মী। মহাক্না তাইবং

থাদোক্তুনা হেক নোঙ্গাখিবা মতম অদুমক্তদা ভূপেন হাজরিকানা তাইবং ফাওরকখি। অদুনা মহাকসে সঙ্গীতকী মগুণনা ঙাম্বোইরম্বা মামাদুমক্তি হায়না ময়াম্না থাজনৈ। মরমদি অঙাং ওইরিবা ভূপেনদা ঈশৈগী ওইবা লাইশোক্কী গুণ অমা উবা ফংখি। মমা মপা অমসুং মামগী মগুণ অন্থুম্না পূল্লদুনা সঙ্গীতকী ত্রিবেনী সঙ্গম ওইনা পোক্লকখি ভূপেন হাজরিকা। অদুগা মঙোন্দগী চেন্থরকপা সুরগী ধারানা ঙসি মালেম শীন থুংনা মীয়াম সমুদ্রগী থম্মোয় লৈরায়বু থূমহল্লি। খূদম ওইনা মহাক্কী ফাওরবা ময়াম্নসু পাম্নবা ঈশৈ "*মানুহে মানুহৰ বাবে*" (মীনা মীগীদমক) হিন্দী, ইংরাজী, বাঙ্গালী অমসুং ভারতকী অয়াম্বা লোন্দা হন্দোক্লবা ঈশৈসিনা হৌজিক্কী মেটেরিয়েলিষ্টিক ৱর্ল্ড অসিদা, মীওইবনা মীওইবগী মগুণ, শাজৎ কাউশিল্লক্লবা মতাং অসিদা, খজিক্তং ওইরবসু মীকুপমুক্তং ওইরবসু মীওইবদি মীওইবগীদমক্তা মতেং ওইবা, মীওইবগী খনফম থোকপা গুণ চেল্লবা জীব পূম্নমক্তগী অহেন-অথোইবা জীবনিনা হায়বা ৱাফম অসিবু নীংশিংহল্লি। মহাক্কী ঈশৈ অসিগী বাঙ্গালীদা হন্দোক্লবা "*মানুষ মুনুষেৰ জন্যে*" হায়বা ঈশৈ সিমক্লা 'Song of the millenium' হায়দুনা B B C Bangla দা লাউথোকখি।

ভূপেন হাজরিকানা অহানবা লাইরিক তম্বা হেক হৌবদি গুৱাহাটিগী ভরলুমুখকী প্রাইমারী স্কুলদনি। মথংদা তেজপুর গভর্নমেন্ট হায় স্কুলদা তম্লদুনা মদুদগী খৃ. কু. ১৯৪০ দা মেট্রিক পাস তৌখি। অদুগী মথংদা অমুক গুৱাহাটিগী কটন কলেজদা তমদুনা খৃ. কু. ১৯৪২ দা আই এ পাস তৌখি।

অসিগী মতুংদগীনি ভূপেন হাজরিকানা মহাক্কী পম্বুংফম য়ৌনবা অপনবা কয়ানা তিংখংগুম্না লৈরবা লম্বেল অদুদা মথৌনাগা লোয়ননা খোঙ থাংখিবা অদু। ভূপেন হাজরিকানা কটন কলেজদা তম্লিঙৈদনা Second World War গী তমথীরবা মৈচাক্কী মৈখূনা মীয়াম প্রজাগী নোংমগী পুন্সি খোঙচৎপু মমহনখিবদু উবা ফংখি। পোৎচৈ তাঙবগী মমলনা মীগী পুন্সিবু মৈনা চাকথেক্তুনা তুমহনবগী মওং লৌখি। লৈবাক শীনবা থুংনা চানীংঙাই থক্লীংঙাই ফংলক্তবা, পোৎ-চৈ তাঙশিল্লকপনা 'চাক-তাঙবা' হায়বদো করিনো হায়বা মমীৎমক্লা শং শং উরম্মী। আদর্শবাদী মপাগী লুপা ১৪৫ ফংবা পেন্সনগী পৈশানা মচিন-মনাও তরা অমসুং মমা-মপা থারগা মী তরানিথোইগী য়ূম্বাল অদুদা অনংবা হায়বসে করিনো হায়বসু মহাক্লা ফজনা খঙলম্মী। অদুগুম্বা অনংবগী মতমদসু মহাক্লা বারানসীদা কলেজ তম্বা চৎনবা শেম শারম্মী। ঙসিগী ভূপেন হাজরিকা অসি ওইনবগীদমক কলেজ তম্লিবা ভূপেন হাজরিকানা অৱাবা কয়াবু মকোক্তা থোনগৎখিরম্মী। মী অমা মপূং ফারকপা নোংমদা ওইথোক্তে। অচৌ মচা মগুণ কয়াগী অপূনবনা মীওই অমা মপূং ফারকই। ভূপেন হাজরিকানসু মগুণ মরীক মরীক তূংশিল্লদুনা মপূং ফারবা পুন্সি ঈপাক হায়বদু ওইরক্লগা মদুগী ইপোম্না মীয়ামগী থম্মোয়দা য়ৈররি। মহাক্লা চিংনবা ইকায়বা লৈতনা ফোঙদোকচরি—"ঐখোয়না লায়রবা করিনো হায়বদো মশক ফজনা উবা ফংলকই। চেঙগী মমলনা লুপা মঙা পী। গোপীনাথ বরদলৈমক চরা হেনবগী ফীভমদা লৈরম্মী। মহাক মতমদুদা মিনিষ্টর ওইদ্রি। পাবুংনসু চেঙ সের অনী পুদুনা পীরুই শিলপুখুরীদা চৎতুনা গোপীনাথ বরদলৈদা। মদুগুম্লবা অনংবনা থূমহৎলবা মতম অদুদা ঐনা বানারসতা চত্তুনা লাইরিক তম্নবা চপ য়ুংনা লেপখি। বানারসতা তম্বগীদমক থা থাগী লুপা

হুম্ফু পীবগী ঐঙোন্দা মথৌ তারম্মী। অদুগা লুপা হুম্ফু অদো ঐঙোন্দা পীনবা হোৎনবা হায়বিস ঐখোয়গী ইমুংদদি য়াম্না ৱানা থোক্লম্মী। মরমদি—অঙাং পূম্নমক লাইরিক তম্বনিনা। পাবূংনা অদুগুম্বা মতমদুদসু ঐঙোন্দা মপূং ফারবা অচৌবা মী অমা ওইনবা হায়রম্মী। জেসা উপায় তৌদুনা নঙ লুপা হুম্ফুসিনা তম্বা তাই। পাবূংনা কৈদৌঙৈদসু ঐগী থৌরাংদা অথীংবা পীখিদে।" অসিগুম্লবা অচেৎপা ৱাফম অমগা লোয়ননা মহাক বারানসী য়ুনিভর্সিটিদা চত্তুনা বি এ তম্লম্মী। অদুগা লোয়ন-লোয়ননা উকীল রনদাচরনগী স্কুল ওফ আর্টসতা লাইয়েকপসু তম্লম্মী। পোলিটিকেল সাইন্স অমসুং ফিলোজোফিদা ওনর্স লৌদুনা হাজরিকা খৃ. কু. ১৯৪৪ দা গ্রেজুয়েট ওইরম্মী। খৃ. কু. ১৯৪৬ তা বারানসীগী কাশী হিন্দু বিশ্ববিদ্যালয়দগী পোলিটিকেল সাইন্সতা এম. এ. পাস তৌখি।

এম. এ. তমদুনা লৈরিঙৈদা মহাক্না বারানসীদা মদন মোহন মালব্য, উপাচার্য সর্ব্বপল্লী রাধাকৃষ্ণণ, আচার্য্য কৃপালনী, জৱাহরলাল নেহরু, তেজ বাহাদুর সাপ্রু, মৌলানা অবুল কলাম আজাদ, জয় প্রকাশ নারায়ণ, আচার্য্য নরেন্দ্র দেবখোয়গা থেংনখি। ইচম চম্না থেংনবতা নত্তনা মখোয়গী মগুণগী অকনবা ঈথিল মঙোন্দা তাখি। চহী ১৩ শুরকপদা জ্যোতি প্রসাদনা শীল-লাঙদুনা তম্বিখিবা 'লাঠি হাইবা' তমদুনা ভোলুন্টীয়রগী লাইনদা মিং চনশিল্লম্মী। বারানসীদা নীংতম লানগী তশেংলবা মশক অদু উবা ফংখিবদা মহাক্কী ৱাখলদসু চরাঙনবা অমা পোকখি। 'করেঙ্গে য়া মরেঙ্গে' গী মন্ত্রদা মহাক্কী ৱাখলসু লূপখিরম্মী। মুন্সী প্রেমচাঁদ, ফীরাক গোরখপুরীগী সাহিত্যনসু মহাক্কী থম্মোয়বু য়াম্না চিংশিল্লম্মী। উর্দু সাহিত্যগী মহাওনা মহাকপু হেন্না থোইনা থৌগৎপা অমা পীরম্মী। লোয়ননা ইঙ্গো এংলিকান লিটরেচরসু তম্লম্মী। গজল, শায়রী তমদুনা অতোপ-অতোপ্পা ঈশৈ নোংমাইগী মহাওসু লৌরম্মী। অদুতসু নত্তনা ভারতকী ধ্রুপদী সঙ্গীতপু ইকায়খুম্নবা উৎলম্মী। অদুনবু ভূপেন হাজরিকানা যৌবনগী ঈথক্তা নত্তদনা সঙ্গীতকী ঈথক্তা তাউথদুনা বারানসীগী ডালমুণ্ডী গলিগী ওক্তবীশিংগী লৈফমদা চৎলম্মী। ফাওববা হিন্দী উপন্যাসকার জয়শঙ্কর প্রসাদকী উপন্যাসতা ডালমুণ্ডি গলিদা লৈবা ওক্তবীশিংগী মবমদা অখন্নবা ওইনা ইবা য়াওরি। মদুগী মতমদুদা লুপা লিশিং পীবা শাড়ী শেৎলিবা বাইজীশিংনা ইকায় খুম্নরবা অচৌ অশাংশিংগী মরক্তা মহৈরোয় ওইবিবা ভূপেন হাজবিকাবু 'দেউর জী' হায়না কৌদুনা ইকায়বা পীরম্মী। অদুবু হাজরিকানদি থৌ ইশা শাদনা কজরী অমসুং গজলদা ৱাখল লূপ্তুনা নীংঙাইদনা তাদুনা লৈথোক্লম্মী। বারানসীদগী থোরক্লগা ভূপেন হাজবিকানা করি তৌগদবনো হায়বগী লাঙতক্লখি। মতম খরা ওল ইণ্ডিয়া বেডিওদা অমসুং বি. বরুৱা কলেজদা থবক তৌরম্মী। কার্ল মাক্স, গান্ধীজী, শংকর দেৱ, জ্যোতি, বিষ্ণুগী মমি তারদুনা ঙাস্থোক্লবা ভূপেন হাজরিকাগী পুন্সিনি।

বৃটিশ বিশ্ববিদ্যালয়বু মহাক্না য়াম্না অৱাংবা থাক্তা য়েংলম্মী। অদুবু মাস কম্যুনিকেসনগী মতাংদা আমেরিকানা পূংতোপ তোপ্পা মশক অমা তাকপগী পাউনা হাজরিকাগী পূক্নিংদা থৌগৎপা অমা পীরম্মী। আমেরিকাগী হাৱার্ড, কলম্বিয়া নৎত্রগা ইয়েল বিশ্ববিদ্যালয়দা মাস-কম্যুনিকেসনদা রিসর্চ তৌনবগী মঙ মঙলম্মী। চহী অনীখক্তা স্কোলারশিপ পীবগী ৱাফমসিনা মহাকপু অৱাবা অমা পীরম্মী। পোলিটিকেল সাইন্সতা এম. এ. পাস তৌবা

হাজরিকানা মাস কম্যুনিকেসনদসু এম. এ. পাস তৌরবতদা রিসর্চ তৌবা য়াগনি হায়না য়ুনিভর্সিটিগী মকোক্লা খঙহল্লকপদা মহাক অৱাবদা তাখি। অদুবু মহাক্কী ৱাখলনদি চপ য়ুংনা লেপখিবনিনা মশানা তাঙ্জদুনা তম্নবগী (আর্নার-লার্নার) থৌদাং পায়খৎলম্মী। মতাংদুদা মহাক ওল ইণ্ডিয়া রেডিওদা থবক চঙবসু কুইদবনা মতম শাংনা ছুটিসু ফংলমদে। লিয়েন ফংদবদা মহাক্লা চাকরি থাদোক্লম্মী। আমেরিকাদা চৎপগী শেম শাবদু মপূং ফারম্মী। রিসর্চকী করিক্যুলম অদুদি গুৱাহাটীদা লৈবা রোবার্ট ব্রাওন হায়বা ধর্মগী পুরোহিত অদুনা শেম্বীরম্মী। আশা কয়া মঙলান কয়া লোয়নরদুনা অনৌবা মালেম অদুবু মশক খঙনবা ন্যু য়োর্কতা খোঙদারুরে। ইণ্ডিয়ান এম্বেসীদা মহাক্কী মখৃত্তা ডোলার চামঙা শিন্নরম্মী। হৌজিক্কী হিসাবতা চাউরাক্লা লুপা লিশিং ২৫ নি। ইণ্ডিয়ান এম্বেসীদা থবক তৌরিবা আমেরিকান অদুনা হাজরিকাবু কন্দায় কদায়দা লৈগদগে হায়বা পূম্নমক তাকপিরম্মী। ইন্টরনেসনেল হাওসকী নাকল অমদা মপান লমগী মহৈরোয়বু অহোংবা মমলদা লৈহল্লম্মী। নাকল অমদনা রাষ্ট্রসংঘগী তোঙান তোঙাল্লবা লৈবাক্তগী লাকপা মীশিং লৈহল্লম্মী। মদু রোক ফেলারনা শাবিবনি হায়। অকোনবদা য়ুনিভর্সিটিগী গাইডেন্স ডিপার্টমেন্টকী মতেংনা মশা মশানা লৈফম শীঞ্জবা তারম্মী। খূদক্তা শীল-লাঙদুনা লৈহনবদুদসু খুদোংচাবা পূম্নমক ফংলবদুদা হাজরিকাদি পূমঙক গুক্লম্মী। অনৌবা শক উবদা মতেং পাংঙু হায়রক্কনি হায়না কিবদগী ইণ্ডিয়ান মচাশিংনা অহানবদা লাপ্পা-লাপ্পা নাকোয়ননা লৈরম্মী। অদুবু হাজরিকানা মশামক্লা অহানবদা চোংথোক্তুনা মখোয়গা খঙনরম্মী। ঈ-পাউ লৌরম্মী। কলম্বিয়া য়ুনিভর্সিটিদসু মশাবু ময়ামদগী খরা তোঙাল্লে হায়বসে খঙবা গুল্লম্মী। সুট অশংবা অমা বাটন পানবা, পুন্সিদা অহানবা লৌজবা সুটনি, কনামত্তগসু মান্নদে। অসিগুম্বা ৱাখল কয়ানসু ভূপেন হাজরিকাদা য়াম্না নুংঙাইতবা পোকহল্লম্মী। লৈশাবী পাখং জুরা জুরা করিমত্তা হঙ্গোইবা লৈতনা নোক খেনা, লীক্লা ফিজোল শেৎপা অসিনা হাজরিকাদা য়াম্না অঙকপা হায়বদু ওইহনখি। ৱাখলদা য়াম্না লাঙতক্রবা অমা পোকহনখি। মহাক্লা মনাক্তা অফংবা পিয়ানো অমদা টিং টিং টাং টাং খোংবা হৌরম্মী। মতমদুগী ফাওরবা ভারতকী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকার সাইগালগী ঈশৈ অমগী সুরবু পিয়ানো অদুদা হাপ্তুনা খোংলম্মী। ভারত মচা তবেৎ নিপাল্লোমনা হাজরিকাবু কোয়শিন্দুনা ঈশৈগী সুর অদুদা য়াওররে। কদায়দগী লাকপনো, করি মিং কৌবনো হায়বনচিংবা ভূপেন হাজরিকাগী থৌনা ফরবা ৱাহংগী পাউখুমশিং মহৈরোয়শিংনা মথং মনাও নাইনা খুম্বা হৌরক্লে। গুজরাটকী শান্তিলাল কোঠারীনা ইন্টরনেসনেল এফেয়ের্স তম্লি, আমেরিকাগী হায় কমিস্নার জি এল মেহ্‌তাগী মচানুপা বন বিহারী লাল মেহ্‌তা, সিন্ধিয়া জহাজ কোম্পানীগী মপুগী মচানুপা ইলেক্ট্রো সিরামিক্স তম্লিবা কলকতাগী অচ্যুৎ দাসগুপ্তনচিংবা ইনাক খুল্লবা মচাশিংগী মরক্তা করিসু লৈজদ্রবা লায়ররবা ভূপেন হাজরিকাগী অমত্তা ঙায়রবা লন হায়ববু মহাক্কী মখোলদুতমক ওইরম্মী। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা মহাক্কী মায়কৈ মরিদা হাজরিকাগী ভক্তশিংনা কোয়শিল্লকপা হৌরক্লে। ভূপেন হাজরিকা ময়ামগী হীরো ওইরক্লে, কেরেলাদা লৌমীগীদমক হৌখিবা আন্দোলনদা অমেরিকাদা লৈরিবা ইণ্ডিয়ান ষ্টুডেন্ট'স এসোসিয়েসনগী মায়কৈদগী শেল থানবগীদমক ৱারেপ লৌরদুনা ভূপেননা ঈশৈ শকখি।

ভূপেন হাজরিকানা আমেরিকাদা চৎপগী মরূ ওইবা মরমদি রিসর্চ তৌবনি। ড° পল উইটস অমসুং ড° ব্রানস ষ্টেচার কৌবা পণ্ডিত ওইরবা ওজা অনীগী গাইডেন্স মখাদা রিসর্চ হৌগৎলে। ভারতকী জামিয়া মিলিয়া য়ুনিভর্সিটিগী ওজা ড° জাকির হুসেইননা মরক মরক্তা য়ুনেস্কো অমসুং আমেরিকাদা লাকপদা হাজরিকানা রিসর্চকী থিসিসশিংদো উৎলম্মী। ময়ামসিগী মরক্তা ইণ্ডিয়ান ষ্ট্যুডেন্ট'স এসোসিয়েসন ন্যু য়োর্ককী ইলেক্সন তৌরম্মী। ছাত্র ছাত্রী চামগামুক্তা ভূপেন হাজরিকাবু জেনরেল সেক্রেটরি ওইনা খল্লে। য়্যাংকি (Yankee) ওইনীংবা কাণ্ডলূপ খরা অমসুং এন্টি য়্যাংকি (Aniti-Yankee) কাণ্ডলূপকী ওইবা ভারতকী মহৈরোয়শিংগী মরক্তা মশাগী ট্রেডিসনেল পামজবা ভূপেন হাজরিকা মখোয়গী মরক্তা ফিদম্লীংঙাই ওইরবা নেতা অমা ওইরে। নেহরু, উদয় শঙ্কর, রামকৃষ্ণ, বিবেকানন্দ, শঙ্কর মাধব, জ্যোতি, বিষ্ণুগী পুন্সিনা মহাকপু নাকোয়ননা ইন্সপিরেসন পীরম্মী। মহাক্না হেঞ্জিন্না আমেরিকান শানীংবা ইণ্ডিয়ানশিংবু পাল্লমদে। ছাত্রনেতা ভূপেন হাজরিকানা 'ষ্ট্যুডেন্টস ওফ ড ওডর লেণ্ড' শম্না হায়রগা ইণ্ডিয়ান ওইবনা মতমদুগী আমেরিকান য়ুনিভর্সিটিশিংগী পথাপ মতুং ইন্না পরীক্ষা অমা থাবগী মথৌ তাই। মদুদসু হাজরিকানা মকোক তারম্মী। মফমদুদা তল্লিবা মপান লমগী মহৈরোয়শিংদগী হেন্না নম্বর ফংলবা তেজপুরগী অসামিজ মীডিয়মদা মেট্রিক পাস তৌদুনা চৎপা ভূপেন হাজরিকানা মহৈরোয়শিংগী মরক্তা কৃষ্ণ ওইরক্লে। শেল-থুমগী অৱাবা নংলবা ভূপেন হাজরিকাগী অশেংবা ফীভমবু, মথৱায়গী অৱাববু কনামত্তনা খঙবিদরে। নুমিদাংৱাইরম পূং অহুমদগী পূং মঙাফাওবা পোত্থাবগী মতম ফংজবা অদুদা ইন্টরনেসনেল হাওসতা মহাক্না পূং অমা লিফ্‌ট থৌদুনা ডোল্লর মরি তানবা হৌরম্মী। মদুদা করিমত্তা ইকায়বা পোক্লমদে। মফমদুদদি থবক শূবগী মমলদা খঙনরম্মী। মতমদুদনা ডিগনিটি ওফ লেবর করিনো হায়বদো থবক ওইনা উৎলম্মী। মফমদুদদি হায় কমিস্নারবগী মচা ফাওবদা লিফ্‌ট থৌরম্মী। অচৌ-অশাং অমসুং ইনাকখুনবা কয়ানা স্বিমিং পুলদা ইরোইবা মতমদা পুল মপান্দা হোংদোক্তুনা থল্লিবা টাই, কোট, ফ্রোক, সাইকলনচিংবা শেন্নদুনা ভূপেন হাজরিকানা পূংশীংদা ডোল্লর মবি তাল্লম্মী। হোলিব্রুডতা চৎতুনসু থবক শূদুনা শেল তাল্লম্মী। চাদিং ৱাংবা আমেরিকাদা লৈদুনা মহাক্কী লাইরিক তম্বা অমসুং রিসর্চদুতবু লোইশিনবা ঙম্নবা খল্লম্মী। হাজরিকাগী এম. এ. অমসুং পি. এইচডি. অদু চহী অনীদা লোইশিনবা ওইথোক্লরোই অমসুং শেল চঙগদবদো উবদা য়াম্না মিপাইরম্মী। অদুনা শেল তুংশিন্দুনা য়াম্না হৈশিংনা চাদিং তৌবম্মী। ৱারবা মতমদসু মহাক্কী থম্মোয় হূৎতুনা ঈশৈ থোরকখি, '*শতিকার রূপ খেদো কিবা যেন বিচারি*' (শতাব্দীগী মতুং তানজৈ ঐনা করিগুম্বা অমবু থিজদুনা)। আমেরিকাদা লৈরগসু থম্মোয় য়াম্না তিংজবা, চমজবা মীওইশিংগী মরক্তা চৎপা পাল্লম্মী। এম. এ. তম্বা লোইরগা পি. এইচডি.গীদমক অনৌবা থৌরাং তৌরদুনা ন্যু য়োর্ককী ৪৩১-বিভরসাইড রোডতা মঙোল্দগী সিনিয়র ওইরবা এঞ্জিনীয়র অহুম অমসুং কেমিষ্ট্রিগী রিসার্চর অমগা পূন্না লৈমিন্নদুনা অনৌবা পুন্সি অমা হৌরে। হাজরিকানা অসামী, বাংলা ঈশৈ শক্রদুনা মখোয়বু হরাওহল্লম্মী অমসুং বাঙ্গালী মরূপশিংনা হাউনা থোং থাকপগী থবক অদু তৌরদুনা পূন্না চামিন্নরম্মী। অমেরিকাদা ড° অমিয় চক্রবর্তীগা উনদুনা মাস কম্যুনিকেসনদা ডোক্টরেট ডিগ্রী লৌনীংবগী অপাম্বদু

ফোঙদোক্লম্মী। ঈশৈ সঙ্গীতনা সমাজদা অহোংবা পুরক্লবা হোৎনবা অমসুং আধুনিক মোশন পিকচরগী অচঙবা খুৎশু-খুৎলায় শীজিন্নদুনা ইলেক্ট্রোনিক মীডিয়াগী যুগ অসিগা চূনহন্দুনা হাজরিকাগী থিসিস অদু শেম্বগী প্লান অদুবু ড° চক্রবর্ত্তীনা থাগৎলম্মী। মরকসিদা নুংঙাইবা পাউদি হাজরিকানা এম. এ.দা ষ্টার মার্ক অমসুং গ্রেড 'এ' ফংলম্মী। মদুদগী অহেনবা থৌনা অমা ফংলদুনা অহেনবা মতম লৌদুনা ডোক্টরেটকী ষ্টডিদা মপূক্লিং লূপ্লম্মী। মহাক্কী ব্রাখলদি প্রেগমেটিক প্রেক্টিকেল থিসিস অমা শেম্বনি। মদুদা ৱার্ধাগী বুনিয়াদি শিক্ষাগী লাইরিক্তগী এডল্ট এড্যুকেসনগী চেপ্টর অদু হাজরিকাগী থিসিসতা য়াওহনবগী ৱা হায়রুবদা ড° জাকির হুসেইননা হরাওনা অয়াবা পীরকখি। অমসুং মাস কম্যুনিকেসন ডিপার্টমেন্টকী হেড ওইবা রোবার্ট ট্রেসকী মতেংনা থবক অদু লায়না পাঙথোক্লবসু পাউতাক পীবিখি। থবক ওইনসু পাঙথোকখি। থিসিস ইবদা রোবার্ট ট্রেসকী মতেং লৌগে খল্লম্বা অদুগী ওন্ন-তৈনবদা হাজরিকানা ট্রেসপু মতেং পীবগীদমক ডোল্লর চামা ফংলম্মী। লোয়ননা মনাক নক্লা লৈবা কা অমদা লৈবগী খুদোংচাবসু ফংলম্মী।

হাজরিকানা নাইজেরিয়া, লণ্ডন অমসুং ইজিপ্তকী মাস কম্যুনিকেসনগী লম্দা চাওখৎলকপগী মরমদা ষ্টডি তৌদুনা মচাক কয়া খোম্লম্মী। ভারতগী হেন্না লায়রবা ইণ্ডোনেসিয়া, মেক্সিকোনচিংবা লমশিংদা য়ু এন ওনা তৌখিবা সেবাশিংদা খুদোংথীবা কয়া নংখিবগী এক্সপরিয়েন্সসু ফংলম্মী।

মসিগী মতুংদা রিসর্চর হাজরিকাগী মরায়বক্তা অখন্নবা তাঙ্কক অমা লাকখি। মদুদা মহাক্লা থেংনখি—পৃথিবীগী ফাওর-ফাওরবা মীওই কয়ামা। থেংনখি পুন্সিগী লৈপুলনা পূনশিল্লদুনা অৱা-নুংঙাই শরূক য়ামিন্নরদুনা পুন্সি খোঙচৎ পূন্না শরূক য়ামিন্নরগদবা মহাক্কী পুন্সিগী লোয়নবী, ইনাক-কৈরাক খুনবদা শীংথানীংঙাই ওইরবী, অচৌ-অশাংগী ইমুংগী মচানুপী প্রিয়ম্বদা পেটেলবু। য়ু. এন. ও.গী থৌবু অমা ওইবা ভারতকী ছাত্র সংস্থানগী জেনরেল সেক্রেটরি ওইবদগী অচৌবা থৌবমশিংদা হাজবিকা বার্তোন ফংলম্মী। অখন্নবা বিজয় লক্ষ্মী পণ্ডিতনা বাষ্ট্রদূত ওইনা লৈখিবদগী থৌরম পূম্বদা ভূপেন হাজরিকানা শরূক য়াবা হাযবসি শোয়দ্রবা অমা ওইবম্মী। ইণ্ডিযান এম্বেসীদা জানুৱাবীগীদমক শীল লাঙবা থৌরম অমদা ভূপেন হাজবিকাদা ঈশৈ শক্লবগী বার্তোন পীবম্মী। মদুগী থৌরম অমদা প্রিয়ম্বদা পেটেলগা থেংনখি। প্রিয়ম্বদা ফাওরবা বল্লবভাই পেটেলগী ইমুং-মনুংগী নুপীনি। আমেবিকাদা ইন্টরনেসনেল রিলেসন্স তম্মী। এম. এ. পাস তৌরবী নুপীনি। জগোয় হৈ। মবুদ্ধি লৈ। ভূপেন হাজরিকানা অসমীয়া ঈশৈ শক্লগা প্রিয়ম্বদানা জগোয় শারম্মী। মখোয় অনীগী মউৎনা পূম্নমক্তগী হেল্লদুনা ফাষ্ট পোজিসন লৌদুনা সনাগী মেডল ফংখি। থৌরম অদুগী অতিথি ময়ামগী মরক্তা ইংলেন্দগী রুজভেল্ট অমসুং ফিলিপিন্সকী রাষ্ট্র সঙ্ঘগী রিপ্রজেন্টেটিভ কর্নেল রোমিও য়াওরম্মী। মদুগী পাউ অদু সমুদ্র লাল্লদুনা ভারত য়ৌরকখি। *ইলষ্ট্রেটেড ৱিকলি* দা ফোটোগা কোন্ননা হাপ্লকখি। অমুক্তি হাজরিকা এক্সিডেন্ট অমা থোকপদগী হোস্পিটালদা লৈখি। মদুদা মহাক্কী মগুণদা ঙাওজরবী রুজভেল্টনা মথৌ অচিনবা থাদোক্তুনা থওইননা লাক্তুনা হাজরিকাগী ঈ-পাউ লৌরম্মী। মদুদা প্রিয়ম্বদাসু লাক্তুনা অয়ূক নুমিদাংগী সেবা তৌরম্মী। প্রিয়ম্বদা ইনাক খুল্লবা

অচৌ-অশাং ইমুংগী মচানুপীনি। মহাক্কী সমাজনা ভূপেন হাজরিকাগী সমাজদগী পুংতোপ তোপ্পী। রোবার্ট কেনেডিগী নুপী এথেলেগা লাইরিক তম্মিন্নবী প্রিয়ম্বদাবু কালেন ছুটিদা মখোয়গী হেলিকোপ্টর তোংদুনা কোইমিন চৎমিন্নে। ফাওরবা মেগাজিন অমগী এডিটর মিসেস মোন্টোগোমরী হায়বী নুপী অমনা মহাক্কী লোকেল গার্ডিয়ান ওইরম্মী। বিজয় লক্ষ্মী পণ্ডিতনসু মাগা তোয়না লোয়নরম্মী। অদুগুম্বা অচৌবা সমাজ অমগা তোংন-তিন্নদুনা লৈবী নুপী প্রিয়ম্বদাসু মহাক্কা পুন্সি লৈপুন্নবদা মতীক চারবা ইনাক খুল্লবা রিজার্ড ইকনমিক্স বোম্বেগী রাষ্ট্র সঙ্ঘদা থবক তৌবা, মতমদুদা লুপা লিশিং পীবা শাড়ী তরা পীদুনা লুহোংবগী রা হৌদোকপা নুপাবু নাথৈরম্নগা ভূপেন হাজরিকাদা মথরায় লূপখি। ভূপেন হাজরিকানদি মশাগী অনংবা অরাবা কয়া উৎখি। অদুবু প্রিয়ম্বদানা করিমত্তা তাবিদনা হাজরিকাগা লুহোংখিরম্মী। প্রিয়ম্বদা হৌজিক কানাডাদা লৈ। মখোয়গী মচানুপা অমখক্তি। মহাক্কা ন্যু য়োর্কতা। ভূপেন হাজরিকানা অমেরিকাদা লৈবা মতমদা পামজনা চৎলম্বদি মোন্টেগোমরীগী ময়ূমদনি সমারসেট মোমবু উনবা। মমান্নবা অমগা লোয়নদুনা নুমিদাংগী পুং মাপলগী মতুংদা হৌবা লোন্না পাওথোকপা সভা (Suggestions Schools of Social Science) দা পীবা লেকচর তানবগীদমক চাং নাইনা চৎপা হৌরম্মী। হায়রিবা মীফম অদুদা কলা অমসুং পুন্সি, নাটক অমসুং পুন্সি, সঙ্গীত অমসুং পুন্সি, জাতি, ধর্ম, কুচুগী করিমত্তা খেন্নবা লৈহল্লোইদবনি হায়বগী হীরম কয়াবু নৈনবা, রা ঙাওনবা অসিনা হায়রিবা সভা অসিগী মরূ ওইবা থৌরম ওইরম্মী। অদুগা হায়রিবা সভা অসিদা রা ঙাওলিবা মীওইশিংগী মনুংদা পোল রব্সন, হারার্ড ফার্ষ্টখোয় য়াওরম্মী। পোল রোবসনগী মমি ভূপেন হাজরিকাদা থোইদোক হেন্দোক্লা তারম্মী। অদুনা সোসল কোন্সিয়সনেসকী মায়কৈদা মহাক্কী রাখল য়াম্না চঙশিল্লম্মী। মহাক্কা অমেরিকাদা লৈবা মতমদুদা ইনাক খুনবা, লায়রবা, য়াম্না থোইদোক হেন্দোক্লা ফংবা অমসুং ফংদবগী চৈনাখোলগী মনুং হূৎপা অর্থ খঙনবা লাক্লরম্মী। মীগী মমলবু ইকায়বা পীবা, হেঞ্জিন্না কঞ্জাবভেটিভ ওইবা অঙৌবা অমসুং অমুবা কুচুগী লাম্বেং, ইকায়বা নংবা ময়ামসি উবদা হাজরিকাগী থম্মোয় য়াম্না শোক্লম্মী। মপুং ফারবা পুন্সি অমগীদমক মহাক্কা কলচরেল ট্রেনিং অমা লৌবা পাল্লম্মী। জেফারসন স্কুলদা চৎপা অমসুং মার্ক্সবাদকী অর্থবু খঙজনবগী মথক্তসু ওরিজিনেল টেক্স পাননবগীদমক লাইব্রেরিগী থবক্তসু থরায় চঙশিল্লম্মী। জয়প্রকাশ নারায়ণ, অশ্বেদকাবনা মতম অমদা এডিট তৌরম্বা *ন্যু ইণ্ডিয়া* হায়বা খবর অদুগী এডিটর ওইরদুনা হাজরিকানা 'এড্যুকেশন ফোর মিলিয়ন্স' হায়রদুনা এডিটোরিয়েল কলমদা ইরম্মী। অসাম সবকারগী অমসুং ভারত সরকারগী চহী অনীগী স্কোলারশিপ, সিকাগো বিশ্ববিদ্যালয়দগী থা অনীগী ফংলম্বা স্কোলারসিপপু বিজয় লক্ষ্মী পণ্ডিতনা থা তরুক্কী ওইহল্লবা স্কোলারশিপ, অদুগা অকোনবগী চহী অমগা মখায়দা মশানা তাঞ্জবা শেল তূংশিঞ্জদুনা আমেরিকাদা লাইরিক তম্বদু লোইশিল্লম্মী। অসুম্না কোলম্বিয়া য়ুনিভর্সিটিদগী 'রোল ওফ মাস কম্যুনিকেসন ইন ইণ্ডিয়া'স এডল্ট এড্যুকেসন' হায়বা হীবমদা ডোক্টরেট ওইরদুনা ভূপেন হাজরিকা ১৯৫২ দা মশাগী লৈবাক ভারততা হল্লকখি।

**সঙ্গীতকী জগৎতা ভূপেন হাজরিকাগী থৌদাংশিং ঃ**

ভূপেন হাজরিকানা কলা-সংস্কৃতিগী লম্‌দা অহানবা খোঙ থাখিবদু মশাগী চহী মরিতমক ঙাযরিগৈদা খৃ. কু. ১৯৩০ গী ওক্টোবরগী তাং ৩০ দা গুৱাহাটি কোটন কোলেজিয়েট হায়স্কুলদা ঈশৈ শকখিবা অদুনি। মদুদা অসামগী সাহিত্য রথী লক্ষ্মীনাথ বেজবরুৱানা মরায়বক্তা চুম্বীরগা আশীর্বাদ পীবিরম্বা অমসুং ভূপেন হাজরিকাগী মঙালনা অসামনা ঙাল্লকপগী তুংগী লাইবাউ চেনবিরম্বা অদুনা ভূপেন হাজরিকাগী কোকথক্তা স্বৰ্গদগী লাই ময়ামগী বর চাইথরকপগুম থোকখি। মদুগী চহী মরিদগী সঙ্গীতকী লম্বেলদা হৌরকখিবা মহাক্কী যাত্রা অদুনা ঙসি ফাওবদা চহী ৭৭ অসে অরেপ্পা লৈতনা চৎলক্লি। মহাক্না ক্লাস সিক্স তম্লিগৈদনা কলকাতাদা চৎতুনা ঈশৈ রেকোর্ড তৌরুই। অদুগা মদুগী নুমিৎ অদুমক্তদা মালেম শীনবা থুংনা সাংস্কৃতিগী মায পাকপগী ফীরাল থেৎলুবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

খৃ. কু. ১৯৩৬ তা আসামগী কলাগুরু বিষ্ণু রাভানা লেংবা ঈশৈ 'কাষতে কলচী লৈ য়ায ঐ ৰচকী বাই' অমসুং 'উলাহতে নাচি বাগি হলি বিয়াকুল' হায়বা ঈশৈদু রেকোর্ড তৌরম্মী।

খৃ. কু. ১৯৩৯ দা মপাবুং নীলকান্ত হাজরিকানা লেংবা ঈশৈ 'অ মইনা কেতিয়া আহিলি তই' হায়বা ঈশৈদা সুর পান্দুনা শক্লম্মী।

ভূপেন হাজরিকানা পীক্লিগৈদগী খল্লম্মী ঈশৈনা সমাজদা অহোংবা অমা পুরকপা ঙম্লা হায়বা ৱাফমসি। অদুনবু মহাক্লা খৃ. কু. ১৯৩৬ তগী খৃ. কু. ১৯৪২ ফাওবা হায়বদি মশাগী চহী ১৬ কী মনুংদা ইরম্মী— 'কুসুম্বৰ পুত্ৰ শ্ৰীশ্ৰীশংকৰ গুৰুৱে', 'অগ্নি যুগৰ ফিৰিঙতি মই', 'কপি উঠে কিয় তাজমহল' নচিংবা ঈশৈশিং।

মহাক্লা ডিরেক্সন পীবা সিনেমাগী ঈশৈশিংনা তাক্লি মহাক্কী ঈশৈগী কলা, হৈশিংনবগী মগুণবু। মহাক্কী ডিরেক্সননা নেসনেল লেবেলদতা নত্তনা মপান লৈবাক্তসু সন্মান ফংলম্মী। মহাক্লা ডিরেক্ট তৌবা অসামীজ সিনেমাশিং— *এৰাবাটৰ সুৰ* (১৯৫৬), *শকুন্তলা* (১৯৬১), *প্রতিধ্বনি* (১৯৬৪), *লটিখটি* (১৯৬৬), *ভাগ্য* (১৯৬৮), *চিকমিক বিজুলী* (১৯৬৯), *ৰূপকোৱৰ জ্যোতি প্ৰসাদ আৰু জয়মতী* (১৯৭৬), *মন প্ৰজাপতি* (১৯৭৯), *সিৰাজ* (১৯৮৯), *মিৰি জীয়ৰী* (১৯৯০), *পিয়লি ফুকন, ধুমুহা, কেঁচা সোন, সতী বেওলা, পুৰতী নিশাৰ সপোন মণিৰাম দেৱান, চিকমিক বিজুলী, খোজ, চামেলি মেমচাব, কাঁচঘৰ, পলাশৰ ৰঙ, বণহংস, বনজুই, মন প্ৰজাপতি, অকন, অপৰূপা, অংগীকাৰ, যুগে যুগে সংগ্ৰাম, মা, সংকল্প, প্ৰিয়জন, অশান্ত প্ৰহৰ, পানী, গজমুক্তা*, অসিনচিংবনি।

হিন্দী সিনেমাদা— *আরোপ, মেরা ধরম মেরি মা, টুৱেন্টি সেভেন ডাউন, চামেলি মেমসাব, অপেক্ষা, একপল, রুদালি* অসিনচিংবা।

ভোজপুরীদা— *ছট মইয়াকী মহিমা*।

বাংলা সিনেমাদা— *কড়ি ও কমল, জীবন তৃষ্ণা, জোনাকের আলো, মাহুত বন্ধুরে, দুই বেচেরা, এখানে পিঞ্জর, সীমানা পেরিয়ে, চামেলি মেমসাব, নাগপাল, দম্পতী, গজমুক্তা* অতৈসু কয়ামা লৈরি।

দূরদর্শনগী ৱারী অমসুং সেরিয়লদা— *স্বীকারোক্তি, লোহিত কিনারে, মিরি জিয়রী, ব্লু মেলোডি এণ্ড রিডম, ওথেন্টিক পিকচর— ফোর হুম ড সন সাইন, এমুঠি চাউলর কাহিনী* অসিনচিংবা।

খৃ. কু. ১৯৪৯ দগী ১৯৫২ ফাওবদা ড° হাজরিকা অমেরিকাদা লৈবা মতমদা অমেরিকাদা অখন্নবা ইন্টরনেসনেল মীটিং অমা তৌখি। মীটিংদুদা ভারতকী সংস্কৃতিগী কাণ্ডবুসু শরুক য়ারম্মী। কলচরেল ট্রুপ অদুগী ড° হাজরিকানা ডাইরেক্টর ওইদুনা চৎলম্মী। অদুগা য়াম্না চাউথোকচনীংঙাই ওইবা ৱাফমদি মদুগী প্রোগ্রামদুদা ভারতকী কাণ্ডবুনা সনাগী তকমান ফংখিরম্মী।

খৃ. কু. ১৯৫৫ জুন থাদা রসিয়াদা পাঙথোকপা ৱর্ল্ড পীস কন্‌ফবেন্সতসু ইণ্ডিয়ন কলচরেল সোসাইটিগী মেম্বর অমা ওইনা হাজরিকাসু শরুক য়াখি।

খৃ. কু. ১৯৭২ গী ফেব্রুৱারীগী তাং ১৪ দা বার্লিনদা পাঙথোকপা ৱর্ল্ড ম্যুজিকতা ড° হাজরিকানা ভারতকী মীহুৎ ওইনা শরুক য়াখি। মদু সঙ্গীত সম্মেলন য়েংবগীদমক বর্লিন কোংগ্রেস ভবন অদু চীক্ল-চায়নবা ঙমদনা মীনা কৃক-কৃক ইন্ননা তিল্লম্মী। সম্মেলন অদু ভূপেন হাজরিকাগী ঈশৈনা হৌদোক্লম্মী। মী পুন্নমক অকক্লবা মিনিট কুন্থ্রাগী মতম পীরম্মী মখোয়গী ঈশৈ শক্লবগী। ভূপেন হাজরিকানা অঙম অথৌশিংনা থওইবীদবা লায়রবা পুন্সিগী মমি তারবা ঈশৈ "দোলা হে দোলা" হায়বা ঈশৈনা হৌরগা পোল রবসনগী "ৱী আব ওন ড সেম বোট ব্রডর"নচিংবা য়াওনা ঈশৈ কয়ামরুম শকখি। অদুগা অকক্লনা পীবা মতম মিনিট কুন্থ্রা অদু হৌখিরম্মী। হাজরিকাগী মী শুমহৎপগী মগুণ অদুনা শকপদা ভাবোক পুন্নমক চেক-মোক লাউদনা ভূপেনগী মমায়দা য়েংলদুনা তৃমিন তৃমিন্না তানরম্মী। অদুগা মতম হেল্লকপদা মী পুন্নমক্লা লাউনরকখি "ভূপেন হাজরিকাগী ঈশৈ লেপহনগনু ঈশৈ লেপহনগনু" হায়রদুনা।

হাজরিকাগী ঈশৈ তাবদা অপেনবা লৈখিদবনা খৃ. কু. ১৯৭৩গী জুলাই থাদা অমুক্কা হন্না বার্লিনদা বার্তোন ফংলদুনা মহাক ঈশৈ শকপা চৎপা তাখি। সম্মেলনসিদা ঈশৈ শক্লদুনা গোল্ড মেডল ফংলম্মী হাজরিকানা।

ৱর্ল্ড কন্‌ফরেন্স ওফ কম্পোজরস তৌখিবদা পোপ্যুলবিটিগী মীৎয়েংদা য়েংনবদা হাজরিকানা পুন্নমক্কী মকোক্তা লৈ হায়দুনা ভূপেন হাজরিকাগী মরমদা লাইরিক অমসুং সিনেমা পুথোকখি।

খৃ. কু. ১৯৭৭ কী অহানবা জানুৱারীদা কোলকাতাদা লিংখৎপা নোংপোক ভারত লোক সংস্কৃতি রিসর্চ সেন্টরগী ড° হাজরিকানা সভাপতি ওইরম্মী। বিহারদগী হৌদুনা মণিপুর ফাওবগী লোকগীত খোমজিনবা অমসুং মদুবু শন্দোকপনা মসিগী মরূ ওইবা পান্দম্নি।

খৃ. কু. ১৯৭৮ গী সেপ্টেম্বর ১০ দা ড° হাজরিকাবু লণ্ডনদা ঈশৈ শক্লবা বার্তোন তৌরকখি। লণ্ডনমক্তদা মীয়াম মাঙদা কুচু খেন্নবগী চৎনবী, তাথী-তাওইনবগী মায়োক্তা ঈশৈ শক্লদুনা হাজরিকানা মশাগী লৈজবা থৌনা অদু উৎলম্মী। মীওৎ-মীনৈগী, কুচু খেন্নবগী, হন্থনা য়েংবগী মায়োক্তা মথৌনাগা লোয়ননা প্রোটেষ্ট তৌরদুনা ঈশৈ শকপগীদমক ষ্টেজমক্তদা বি বি সিনা ড° হাজরিকাবু ইকায় খুম্নবা উৎখিবা থৌদোক অদু থোইদোক্লা শীংথানীংঙাইনি।

খৃ. কু. ১৯৮০ দা জাপানগী ইন্টেলেকচুয়েল কলচরেল ওর্গনাইজেসননা বার্তোন তৌরকপদগী সেপ্টেম্বর ১৫ দা মালেমগী অথোইবা গন-শিল্পী ১২০ গী মরক্তা চীফ গেষ্ট ওইনা সভা য়াওরুই।

পাউমী কাঙলূপতগীসু মালেমগী লোক সঙ্গীতকী রিসর্চর অমসুং কলাকার অমা ওইনা মশক খঙলদুনা ভূপেন হাজরিকাবু ইকায় খুম্নবা উৎখি।

পুন্নমক্তগী থোইদোক হেন্দোকপা অমদি ভূপেন হাজরিকানা অমুক্তা হন্না বার্তোন ফংদুনা জাপানগী টোকিও, ইয়াকো হোমা, করানচিকা ইমাগোচিনচিংবা মফম কয়াদা ঈশৈ শক্লুবদুনি।

জাপানগী ভিক্টর কম্পেনিনা মহাক্কী ঈশৈ জাপানীজ লোলদা হন্দোক্লদুনা লোং প্লেয়িং রেকোর্ড পুথোকখি।

ইন্টেলেকচুয়েল কলচরেল ওর্গনাইজেসননা মালেমগী অথোইবা সুর শিল্পী, কন্ঠশিল্পী অমসুং মালেমগী অথোইবা রাষ্ট্রদূত হায়না মিংথোন পীখি।

ইন্টরনেসনেল ৱর্ল্ড য়ুঠ ফেষ্টিভেলদা হাজরিকানা সনাগী মেডল ফংলকখি লোয়ননা মোস্কো ন্যুজ ক্লবনা গকী ওডিটোরিয়মদা মার্চ ২৪ দা মহাকপু ইকায়খুম্নবা উৎখি।

থাইলেণ্ডগী বেংকোকতসু এসিয়ন ইন্সটিট্যুট ওফ টেক্নোলোজিনা মহাকপু ইকায়খুম্নবা উৎখি।

খৃ. কু. ১৯৮৪ দা ঢাকা টেলিভিজনদা ঈশৈ শক্লুই অদুগা বাংলাদেশ শিল্পকলা একাডেমীগী সঙ্গীত সম্মেলনদা শরুক য়ারুই। নেসনেল প্রেস ক্লব, বাংলাদেশ সাহিত্য একাডেমী, ঋষিজ গোষ্ঠী, বাংলাদেশ মহিলা সমিতি, ঢাকা ক্লব, বাংলাদেশ শিল্পকলা একাডেমী, ইত্তেফার কাকত গোষ্ঠী, ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয় ছাত্র সংস্থাননা বাংলাদেশতা ভূপেন হাজরিকাবু ইকায় খুম্নবা উৎলদুনা 'অভিনন্দন পত্র' পীরম্মী।

ন্যু জর্সী শহরগী মেয়োরদগী খৃ. কু. ১৯৮৫ দা ওনররি সিটিজনশিপ ফংবা মহাক্লা অহানবা অসামীয়ানি।

খৃ. কু. ১৯৮৮ গী মে ২৪ দগী জুন ১৪ ফাওবদা রসিয়াদা পাঙথোকখিবা ভারত উৎসবতা শরুক য়াখি, মদুদা মহাক্কী বিসর্চকী থেসিস পেপর পাথোক্লদুনা মীয়ামগী পূক্লিং চিংশিন্নীংঙাইগী মশক ওইখি ডা ভূপেন হাজরিকা।

অমুকসু খৃ. কু. ১৯৯২ দা অমেরিকাগী অসাম এসোসিএসন, টেগোর সোসাইটি ওফ ইণ্ডিয়ন ষ্ট্যুডেন্টস এসোসিএসন অমসুং বাংলাদেশ কলচরেল এসোসিএসনগী বার্তোন ফংদুনা আমেরিকাদা চৎলগা সিকাগো, অটলান্টা, ন্যু জর্সী, পেন্নিসিলভেনিয়া, ন্যু য়োর্কনচিংবা মফম কয়াদা ঈশৈ শকপদা নত্তনা মীফম কয়াদা ৱা ঙাঙলুই। এসোসিএসন পুন্নমক্না মহাক্কীদমক তোঙান-তোঙানবা ফেলিসিটেসন মীটিং পাঙথোকখি।

খৃ. কু. ১৯৯৩ গী মেগী তাং ৫ দা ন্যু দিল্লীদা য়াম্না চীং-লেম্না পাঙথোকখিবা মীফম অমদা ভারতকী রাষ্ট্রপতি ওইরম্বা ড° শঙ্কর দয়াল শর্মানা ড° ভূপেন হাজরিকাবু 'দাদা সাহেব ফালকে এৱার্ড' পীখি। মনা ফংলবা মতুংদা মহাক্কী পূক্লিংগী ৱাবু খঙনীংদুনা অসামদগী লাকপা মীয়াম্না হংলকপা ৱাহংশিংগী পাউখুম মহাক্না অসুম্না পীখি, "মনা অসিনা ঐঙোন্দা সমাজসিদা ঐগী

থৌদাং অমুক হেন্না হেলহল্লে। ঐনা মতম পূম্নমক্তা হোৎনগনি ঐখোয়গী সংস্কৃতিনা মালেমদা মাঙ থাবা মফম অমা কন্দুনা ঐখোয়গী জাতিগী লোয়ননা ইরমদমগী চাউখোকচনীংঙাই ওইরবা মিংচৎ অমা মালেমগী মাঙদা ফংননবা।" মসিনা তাকপদি ভূপেন হাজরিকানা মশাগী সংস্কৃতি অমসুং মরমদম্বু পূম্নমক্কী মাঙদা থল্লম্মী হায়বসিনি।

খৃ. কু. ১৯৯৩ দা জাপানগী ফুকোকোদা পাঙথোকখিবা এসিয়া পেসিফিক ইন্টরনেসনেল ফিল্ম ফেষ্টিভেলদা *রুদালী* ফিল্মগীদমক বেষ্ট ম্যুজিক ডাইরেক্টরগী সন্মান ফংখি। চহীদুমক্তদা সিরিয়াগী কোনুং দামাস্কসতা পাঙথোকখিবা ইন্টরনেসনেল ফিল্ম ফেষ্টিভেলদা *রুদালী* ফিল্মদা মপূং ওইবা শক্তম লাংলিবী ডিম্পল কাপাডিয়াবু বেষ্ট এক্ট্রেস ওইনা খনখি অদুগা ম্যুজিক ডাইরেক্টর ওইনা ড° ভূপেন হাজরিকাবুসু কৌখৎখি।

খৃ. কু. ১৯৯৪ দা কোলকাতাদা পাঙথোকখিবা ইন্টরনেসনেল ফিল্ম ফেষ্টিভেলগীদমক ইণ্ডিয়ন পেনোরামাগী জুরি ময়ামগী চোয়রমেন ওইনা ড° ভূপেন হাজরিকাবু খনখি। মসিগী সন্মান ফংলবা অহানবা অসমীয়া হায়বদু ভূপেন হাজরিকানা ওইরম্মী।

খৃ. কু. ১৯৯৬ কী ফেব্রুৱারীদা অন্দামান নিকোবর আইলেণ্ডদা পাঙথোকখিবা 'নেসনেল সেন্টর ওফ ফিল্ম ফোর চিলড্রেন এণ্ড য়ং পীপল' গী থৌরমদা মহাকসু শরুক য়ারুই।

কোলকাতাগী কলা মন্দিরদা ইণ্ডো-পাক ফোরমনা শীন্দুনা দিসেম্বর ৩০দা পাঙথোকখিবা কলচরেল প্রোগ্রামদা পাকিস্থানগী আর্টিষ্টশিংগা লোয়ননা ঈশৈ শকমিন্নখি।

খৃ. কু. ২০০০ গী এপ্রিল ৩০ দা ইংলেণ্ডগী ব্রেদফোর্দ শহরদা শীল-লাঙদুনা 'রঙালী বিহু'গীদমক কলাকার খৃৎপু অমা পুদুনা থৌরম পাঙথোক্লুই।

মেগী অং ১৪ দা নেডরলেণ্ডগী হেগ শহরদা মাণ্ডেলা শ্রাইন—১ কম্যুনিটি সেন্টরদা চহী ৭০ লাল্লবা ভূপেন হাজরিকানা কলচরেল প্রোগ্রামদা ঈশৈ শক্তুনা মীয়ামগী পূক্নিং চিংশিন্নীংঙাই ওইবা শক্তম অমা ওইখি।

সাহিত্য, কলা, সঙ্গীততনা মালেমসিবু থুংনবা দর্শন তৌবি ভূপেন হাজবিকানা। সুর পানবা অমসুং পান্দবা ঈশৈ লিশিং অমরোম হেন্না লেংলগা, চহী হুম্ফু তরেৎ হেন্না ঈশৈ শরুন্দুনা মহাক্না মালেম পূম্নমকপু শুমহৎতুনা লাক্লি। লোইনাইদ্রবা লোল অমসুং ক্রীয়েটিভ ওইবা ৱাখলগা লোয়নবা ঈশৈনা ঙাক্লোইববা ভূপেন হাজরিকাবু অসমীযাশিংনা অমসুং লৈবাকসিনা থাগৎপগী অপেনবা হায়বদো লৈতনা মহাকপু সুধাকন্ঠ, পদ্মশ্রী, পদ্মভূষণ, সঙ্গীত সূর্য, সুরগী যাদুগব, কলারত্ন, ধারাগী গন্ধর্ব, গন্ধর্ব কোঁৱর, আসাম গন্ধর্ব, কলা কাণ্ডারী, শিল্পী সিরোমনি, কুনশুবা শতাব্দীগী কৃষ্টি দূত, যাযাবর শিল্পী, বিশ্ব বন্ধু, বিশ্ব কন্ঠ হায়বা মিংথোল কয়ানা মহাকপু লৈতেংবিরি।

এন অনীতা

# মণিপুরদা ভূপেন হাজরিকাগী ঈশৈ ময়েক হন্দোক্লিবী গুৱাহাটীগী এন অনীতা দেবী

হন্দক গুৱাহাটীদা '৭শুবা নোর্থ ইষ্ট বুক ফেয়ার-২০০৫' য়াওবা চৎলুবদু য়াম্না নুংঙাইরকই অমসুং কান্নবা য়াম্না ফংলকই। লাইরিক্কী মেলা অসি ওল অসম পব্লিসর্স এন্দ বুক সেলর্স এসোসিয়েসননা দিসেম্বর ২ দগী ১১, ২০০৫ ফাওবা সোনারাম স্কুলগী লম্পাক্তা শীনবনি। দিসেম্বর ৪, ২০০৫ দা 'মণিপুরগী নুমিৎ' মিংথোন্দুনা ইকায়খুম্নফমগী মশক ওইরবা মণিপুরগী আর্ট এন্দ কলচরগী মন্ত্রী ওইরিবা শ্রীপি পরিজাৎ সিংহনা হৌদোকখি। অসমগী সংস্কৃতি বিভাগ পুরিবা ডা হেম প্রভা শইকীয়নচিংবা মমিং চৎলবা মীওই কয়াসু য়াওখি। নুমিৎ অসিগী নুংথিলদা 'Art and Cultural Assimilaton Between Assam and Manipur State from the Days of the Mahabharata to Present Day' হায়বা হীরম অসিদা খন্ন-নৈনবগী থৌরম অমা পাঙথোকখি। মসিদা ঐহাক চে অমা পাথোক্তুনা মণিপুরগী মীহুৎ অমা ওইনা শরূক য়াজখি। হায়রিবা খন্ন-নৈনবগী থৌবম অসিদা ডা নগেন শইকীয়া, প্রো এন সনাজাওবা, ডা অমলেন্দু গুহ, ডা সত্যেন্দ্র নারায়ণ গোস্বামীনচিংবা মমিং চৎলবা স্কোলারশিংসু শরূক য়াখি। নুমিদাংদা মণিপুরগী জগোয়গী ফজরবা সংস্কৃতিগী থৌরম অমা উৎতুনা অয়েংবা ভাবোকপু পেলহনখি। লাইরিক্কী মেলা শীল্লিবা কাঙবু অসি থৱায় য়াম্না য়াওই। য়াম্না ফজনা, মওং তানা, চাউনা শীল্লি। মখোয়না হায়—সবকারদগী পৈশাগী মতেঙ অমত্তা লৌদে, মখোয়না হোৎনজবনি। ভাবতকী অৱাং-নোংপোক্তা লৈরিবা রাজ্য তরেৎ অসি নুংশিননা নকশীন্ননবা অমসুং অমত্তা ওইনা শক খঙননবগী পান্দমনি হায়। অদুনা চহী খূদিংগী রাজ্য অমমমগী মমিং লৌদুনা লাইবিক্কী মেলা অসি পাঙথোকই। হন্দক্কী চহী অসি মণিপুর বাজ্যগী মমিং লৌদুনা 'মণিপুব ডে' হাযনা পাঙথোকপনি। পাউ ফাওনবা ৱাৎপদগী মণিপুরগী পেভিলিয়ন অদু পূমহাঙ হাঙখি, মণিপুবগী লাইরিক-লাইশু, সংস্কৃতিগী পোৎ-চৈ অমত্তা উৎপা ঙমখিদে। করিগুম্বা জগোয়গী থৌরম অদু উৎলমদ্রবদি য়াম্না শাথিবা অমসুং নুংঙাইতবা মওং অমা ওইরমগনি নীংঙি। ঐখোয়গী মন্ত্রীনা মীয়ামদা মসিগী মবমদা পূকচেল শেংনা শেংদোকখি। গুৱাহাটীগী কাঙবুনা মণিপুরবু য়াম্না নুংশি অমসুং ব্যবহার তৌই হায়বসি খঙবা ঙম্মী অদুবু ৱাফম অমনা—গুৱাহাটীদি নোংম-নোংমগী চাওখৎলম্বগী খূদম উবা ফংঙি। চাওখৎপগী লমজেন্দদি গুৱাহাটীনা ইম্ফালদগী য়াম্না হেনখ্রে। ইম্ফাল নঙবু করম্বা মতমদা মীমান্নবা ঙম্লগবা!

হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা ঐগী খ্বায়দগী নুংঙাইবদি মীশক অনীখক খঙনবা খুদোংচাবা ফংলকপা অসিনি। মখোয়দি—মমিং চৎলবা ইতিহাসকার ডা অমলেন্দু গুহ অমসুং গুৱাহাটীদা লৈবা মণিপুরী মচা অহঁবী এন অনীতা দেবীনি। অমলেন্দু গুহদি যামিনী সুন্দর গুহগী মচানুপানি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মাগী মমিংদা 'যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেদল' পীরি। মানা হংঙি—"অৱার্দ অদুবু হৌজিক ফাওবা পীরিব্রা? পীদ্রে হায়না তায়?" ঐনা খুম্মী—"পীরি।" অদুগা মখা তানা ঐঙোন্দা হংঙি—"যামিনী বাবুগী অকৃপ্পা পুন্সি ৱারী অমা খঙবা পাম্মী, অমুক্তা ইবিরকউ।" মামা শম্না ৱারী মখা শমথরকই—মখোয়গী ইম্ফালদা লৈবা মচীন-মনাওগী ৱারী, মণিপুরগী হৌজিক ওইরিবা ফীবমগী মরমদা। মহাক মণিপুরদা লৈরম্বা মণিপুরবু য়াম্না মুন্না খঙবা মীশক অমনি। মহাক অহল ওইরে, কুচু মুরদুনা ৱাং-চাউই। করিগুম্বা লায়না অমনা নাবসু মাল্লি। ঐগা নকশীন্না, নুংশিননা মায় ওনশীন্নদুনা ৱারী শাবদুদা উই—মাগী ৱাখল অদু মণিপুর অমসুং হৌখ্রবা মতম অমদা কোইপাই পাইবা। য়াম্না ঈংবা তপ্পা অহল অমনি। মাসু ঐবু মখা তানা ৱারী কয়া শানীংঙি। মতম ফংদ্রে—ঐখোয় সেমিনারগী অদুম চঙলে। মানা সেমিনারগী মোদেরেতর ওই।

মীশক অমম্না শ্রীমতী এন অনীতা দেবী। দিসেম্বরগী তাং ৪, ২০০৫ 'মণিপুর ডে' হৌদোকপগী ইরাঙ লাঙলিঙৈ ময়ামগা ৱারী শারিঙৈদা য়াম্না ফজনা শেৎ-চারবী, কেথোক্লকপদসু ফজবী, কুচু ভৌরবী, লম য়ৌনা কেরবী মৌনহা অমনা "ওজা নমস্তে" হায়দুনা য়াম্না নোল্লুক্না ব্যবহার তৌরকই। ঐনা খল্লি—মফমসিদবু কনাগী মৈতৈ নুপীনোনে? য়াম্না থুনা ৱারী শারে, ভাব তারে। মহাক গুৱাহাটীদা লৈবী ডা এন রঞ্জিৎকী লোয়নবীনি। মহাক্না অসমগী মমিং চৎলবা শৈপানবা অমসুং শৈশকপা সঙ্গীত নাটক অকাদেমীগী চেয়রমেন ওইরম্বা, দাদা সাহেব ফালকে অৱার্দ ফংলবা, ঈশৈগী লমদা লাইদৌনা শোন্নরিবা ড° ভূপেন হাজরিকাগী ঈশৈ ময়েক কুনখক খঙ্গৎলগা মণিপুরীদা *চীংনা ঐগী পম্থৌ তম্না ঐগী পলেম* (২০০৫) হায়না মিংথোন্দুনা ফোঙলে। অনুবাদগী লাইরিক অসি মন্ত্রীজী শ্রীপি পবিজাৎ সিংহনা 'মণিপুব নুমিৎ' হৌদোকপগা লোয়ননা মীয়ামদা ফোঙদোক্কদৌরি। দিসেম্বর ৩, ২০০৫ লাইরিক্কী মেলা অসি ড° ভূপেন হাজরিকানা হৌদোকপদা মঙোন্দা লাইবিক্কী কোপী অমা খূদোল তৌবদা য়াম্না নুংঙাইবা ফোঙদোক্লম্মী হায়। লাইরিক অসিদা ভূপেন হাজরিকাগী ৱাহৈ মতেক অমসু হাপ্পা থেংনৈ—"N. Anita has done a wonderful job by translating twenty of my Assamese lyrics to Manipuri language. I have liked them immensely. I understand the Manipuri admirers have accepted this collection with affection."

মাগী লাইরিক অসি দিসেম্বর ৪, ২০০৫, অয়ূক পূং ১১.৩০ তাবদা ইকায়খুম্নজরিবা মন্ত্রীজী শ্রীপি পরিজাৎ সিংহনা ফোঙদোক্লবা মতুংদা অনীতা দেবীগা পূন্না অয়ূক্কী চাক্লেন

চামিন্নবগী মতম অমা ফংবনিনা মাগা ৱারী শাবগী মতম খরদি ফংলে। ইবেম্মা অনীতা দেবী ৱা তপ্পা ঙাঙপি, মৈতৈলোন ঙাঙবদা শোয়খিগদ্রা হায়দুনা য়াম্না চেকশীল্লি। অসমীয়াদি মমালোনদৌনা ফজনা ঙাঙবা ঙম্মী। মাগী অপোকপা নোঙ্গাখ্রবা ঙাঙোম উপেন্দ্র মোহন সিংহ চীফ কমিশ্নার রাইনাগী মতমদা মণিপুর সরকারগী দিরেক্তর ওব ইন্দস্ত্রিজ ওইরম্মী হায়। মখোয়গী পোকফমদি জাফ্রিবন লালা বাজার হাইলাকান্দিদনি। মণিপুরদসু চহী ৬/৭ লৈরম্মী হায়। মহাক Handique Girls' College, Guwahati দগী বি এ পাস তৌই। বাণীপুর, বাক্সান্দিদা লৈবা ডা এন রঞ্জিৎ সিংহ, ফিজিসন্দা ময়ূম পাল্লবা মতুংদা হৌজিক গুৱাহাটীদা ইমুং-মনুংগা লোয়ননা থবক তৌদুনা লৈরি। মহাক ব্যুতি কোর্সতা দিপ্লোমা পাস তৌরবা মতুংদা গুৱাহাটীদা মবনাইগী ব্যুতি পার্লর অমসু হাংলে হায়। দ্রামা অমসুং ফিল্ম মেক-অপতসু সার্তিফিকেত ফংলবীনি। মহৌশা *ইচেম্মা* কৌবা চেফোঙগী 'ব্যুতি কোর্নর' দসু ৱারেং তোয়না ইরম্মী হায়। মহাক হায় স্কুল অমদসু চহী মরিরোম ইংরেজী অমসুং অসমীয়াগী ওজা ওইরম্মী। মতম খরা এন ই তেলিভিজন, গুৱাহাটীগী মণিপুরীগী পাউ পাবী ওইরম্মী। ঐখোয়না গুৱাহাটীদা লৈবা নোংমতনি। প্রোগ্রামগা থবক্তা ৱারী শাবগী মতম য়াম্না ফংখিদে। অনীতা দেবীনা মাগী লাইরিক অমা খূদোল তৌরকই। গুৱাহাটীদগী ইম্ফালদা জেট এয়রলাইন্স তোংদুনা লাকই। মাগী লাইবিক অদু পাই। ইম্ফাল য়ৌরকপনা হাল্লে, পাবা নংহৌদ্রে। খরা শাংবা খোঙচৎ ওইরম্লবদি লাইরিক্তু পাবা লোইরম্বসু য়াই। ইম্ফাল য়ৌরগদি থবক্কী থবক ঙাক্তা। চেনা ২৯ খক্তা পানবা লাইরিক মচা অমনি। ঐনা ঙমদুনা পাবদি পারে। ভূপেন হাজরিকাগী ঈশৈ-ময়েক্কী ফজবা, মাগী অপাকপা মীৎয়েং অমসুং মিনুংশি খরা খরা খঙলকপগুম তৌই।

গুৱাহাটীগী এন অনীতা দেবীনা অসমীয়াদগী হন্দোক্লিবা *চীংনা ঐনা পম্থৌ তমনা ঐগী পলেম* কৌবা ঈশৈ-ময়েক্কী লাইরিক অসি মীৎয়েং কয়াদগী তরাম্না ওকফম থোকই। মরমদি, অসমীদগী মণিপুরীদা হন্দোকপা লাইরিক য়াম্না তাঙনা থোক্লি। ঐনা খঙজবদি বীরেন্দ্রকুমার ভট্টচার্য্যগী *ইয়ারুইঙ্গম* কৌবা উপন্যাস অমদি শ্রীএল রঘুমণি শর্ম্মানা বাংলাদগী মণিপুরীদা হন্দোকপনি। হৌজিক অসমীয়া লোন ফজনা খঙলবা অমসুং তম্লকপা অসামদা লৈবিবা মণিপুরী মচাশিংনা অসমীয়া সাহিত্য অসি মণিপুরীদা হন্দোকপগী মথৌ তাই। মসিগী মবমদা ৱা ওইনা ঙাঙনবদি কুইরে। থবক ওইনা তৌথোক্লকপদা য়াম্না তাঙনা থোক্লি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা থৌনাফবী অনীতা দেবী চোংথোক্লকপা অসি থাগৎনীংঙাইনি। মহাক্না মথং-মথং অসমীগী লাইরিক কয়া মণিপুরীদা শোয়দনা হন্দোক্লকখিগনি নীংঙি।

শ্রীমতী এন অনীতা দেবীনা হন্দোক্লিবা লাইরিক অসি খরা পীক্লা থোকই। য়ামদ্রবদা চেনা চামা পান্দুনা ভূপেন হাজরিকাগী মমিং চৎলবা ঈশৈশিং— 'ব্রহ্মপুত্র' অমদি লৈখা তারবা, নৈহৎপিরবা, লায়রবা শিল্পীশিংগী মরমদা ইবা ঈশৈশিং য়াওহন্নীংঙি। ভূপেন হাজরিকাবু মশক

মুন্না তাকপা ঙম্বা ঈশৈ মখল শুনা য়াওবা চুম্মী। অদুগা ওরিজিনেল অসমীয়াগী ঈশৈ ময়েক অদুগী অহৌবা মেঙ্গা অমদি তঙাইফদনা হন্দোক্লিবা ঈশৈগী মমাঙদা হাপহন্নীংঙি। মসিগা কোন্ননা অরোয়বদা ঈশৈগী মমিং অদু অসমীয়া লোন্দা হাপহন্নীংঙি।

অইবীনা মণিপুরগী অপাবশিংদা পূন্না হিংমিন্নবা, শান্তি ওইনা লৈমিন্নবা পাম্বগী পাউজেল অমা চেন্নীংবগুম তৌই। মীহাৎ-মীপুন, মীশি-মীনা, নোংমৈ মখোল, অঙাঙবা ঈখেঙ অসিতগা চহী কয়া ঈরোয়নদুনা লাক্লবা মণিপুরদা অনীতা দেবীনা হন্দোক্লিবা ঈশৈ-ময়েকশিং অসিনা শান্তিগী ঈরিক অমত্তং ওইরবসু খীকপা ওইরসনু।

য়েংবীয়ু অনীতা দেবীগী অনুবাদ মতেক অমা—১) "*চীংনা ঐগী পম্বৈ/তমনা ঐগী পলেম/ঐগী থব্রায়গী মীহুল অনী/চীং অমসুং তম/অমত্তা ওইবা অতিয়া নুংশিৎ/থব্রায় অনীগী নুংশাম্বর অমত্তা/চেক্লা 'নীগী খোম্থোক অনীদা/তেংথাবসু অমত্তা॥/...চীং তমগী ঐঙোন্দা খেন্নবা লৈজদে/...তেনব্রাগী মশা খপুনা ঐ/লৌবুক অনীমক্তা চাক্তজে।*" ('চীংনা ঐগী পম্বৈ তমনা ঐগী পলেম'); ২) "*আশাগী থাউমৈ ঙাল্লি লায়রবগী/য়ুমথোং খূদিংগী/মদু উরুবদা অমম্বনা/চেনশ্রে খুঙ্গং থাদোক্তুনা/...ঐগী ইরৈবাক্কী নুংশি ঈচেলবু/থৎপা কনানা ঙমগদগে?*" ('থাবলগী অহীং); ৩) "*অতোপ্পগীদমক/পুক্সি থাওমৈ/অতৈ কয়াম থানখিগগে?/অতৈ কয়াম ব্রাংলিবগে?*" ('অতোপ্পগীদমক'); ৪) "*নুংশিবগীবু পনখৈ লৈনব্রা/নোংলৈগীবু ঙমখৈ লৈনব্রা/অয়ূক মাবু কূপশিনবা ঙম্ব্রা/ইকায়বগী লৈতেং শিবিদুনা*" ('লোন্না লোন্না); ৫) "*হিংখিনি ঐ—/হিংদুনা ঐ সমাজ অমবু/তঙাইফদনা শেমনীংঙি/হিংনা লৈদুনা সমাজ অমবু/শেম্বগী ঐহাক ব্রাশক্লি।*" ('পিকলিঙৈদা ফাগী যুগাইনা'); ৬) "*মীনা মীগীদমক/করিগুম্বা খনবিদ্রবদি/খজিক্তুং নুংশিবিদুনা/খনবিগনি কনানা—হায়য়ুনে মরূপ/...মীনা মীরমচৎ চৎত্রবদি/হিংচাবনদি মীরমচৎ চৎলরোই/হিংচাবনা মীরমচৎ চৎলবদি/ইকায়গদবা কনানো—হায়য়ুনে মরূপ।*" ('মীনা মীগীদমক') অসিনচিংবা।

অসামগা মণিপুবগা য়ূমলোন্নবনি। ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী নক্লবা মরীসু য়াম্না লৈ। হৌজিক লূখম লূখম ওনশীন্নবগী মহুৎতা মায় মায় ওনশীন্নরসি। সাহিত্যনা নকশীন্নবা অমসুং নুংশিনবা পুরকপা ওইসনু।

নোংমাই পণ্ডিত (*পোক্লফম, দিসেম্বর ১৯, ২০০৫*)

ꯃꯤꯅ ꯃꯤꯒꯤꯗꯃꯛ

# मीना मीगीदमक

# মীনা মীগীদমক

মীনা মীগীদমক
কবিগুম্বা খনবিদ্রবদি
খজিক্তুংদা ওইরবসু নুংশিবিদুনা
খনবিগনি কনানা—হায়য়ুনে মরূপ।

মীনা মীবু য়োনগে খল্লবা
মীনা মীবু লৈগে খল্লবা
অমনবা ইতিহাসপু ফিদম্নরবা
অরানবা ওইরোইদ্রা—হায়য়ুনে মরূপ।

মতু শোনবা মীনা কবিগুম্বা
ঈরৈ কনবা পুন্সি-তুরেল
লাল্লবসু নঙগী নতেংনা
নঙগীবু করি মাঙলিবা?

মীনা মীরমচৎ চৎত্রবদি
হিংচাবনদি মীরমচৎ চৎলবোই
(দুগা) হিংচাবনা মীরমচৎ চৎলক্লবদি
ইকায়গদৌরিবসি কনানা—হায়য়ু মরূপ।

*(মানুহে মানুহৰ বাবে)*

# থম্মোয় হম্ হম্ চাক্লে

থম্মোয় হম্ হম্ চাক্লে হো পলেম
কনানা মুনবিখরে নিদ্রাবু হো পলেম
কবম্না খাঙলসিগে মচা'মা ওইনা
নঙগীদমক থৱায় থাজগে হো পলেম।

ইরৈবাক্কী থাজ মায়থোঙ অৱা-লৈচিলনা কৃপশিল্লক্লে
কালিকাগী মৈচাক্লা থম্মোয় -হকচাং চাকহল্লক্লে।

ব্রজগুম ঙমখৈ লানবসু ওইজসনু—
নমখায়দুনা লাকচগে নীংহন্নজরোই পলেম
কৎচগে পলেমগী চরণদা—
চীংখৈহনবা নীংতম্বগী—
থাজগে ফিদা পলেমগী
কখোক্লুনা থৱায় ঐগী।

*(বুকু হম্ হম্ করে)*

## আকাশকী গঙ্গা পামজদে

আকাশকী গঙ্গা পামজদে
    পামজদেনে সনাগী লৈতেংসু
তমথীবা পুন্সিগী লাল্লকসিদা
    পামজৈনে নুংশি ব্রাহৈ অমত্তুংবু।

চাউর-চাউরা সাগর কয়াগী
    ইপোম কয়া উরুরে
চাউর-চাউর শহর কয়াদা
    লম্বেল কয়া লম্মুক্লরুরে
নুংশি মৈরাগী মঙাল তান্ন-তান্ননা
    শীঙ্থখি থম্মোয়দা পিরাং তৃমিন্না।

নুংতিগী মীয়াম কয়াদগী
    নুংশিববু ফংলবসু
করিগীনো অখন্নরবা মহাক্কীতা
    খোয়দাজৈ নুংশিববু?
চাউর-চাউর লীলাশঙদা
    খোন্থোক কয়া ঈগী চেন্থহনখি
তাবিবিবা মযামগী
    মায়থোঙ মকা লামহনখি,
(দুবু) ঙাইহাক অচীকপদা কনানা
    ঐগী অৱাববু য়াংহনবিগনি?

*(আকাশী গংগা বিচৰা নাই)*

# কনানো হায়রিবা ঐবু নাইতোম তাবনি

কনানো হায়রিবা ঐবু নাইতোম তাবনি
ঐ অমসুং ঐগী ইমি
অমনা অমগী মরূপনি
হায়গনু মালেম, ঐবু নাইতোম তাবনি
ঐ অমসুং ঐগী ইমি।

লোয়নবা লৈত'মক্লা
ঐগী মরূপ ওইরি হায়না
করিগী নোক্লরি নঙনা
ঐ অমসুং ঐগী ইমি।

অথাপ্পগী মরূপ'পূম্বা অরেম্বনি
ইনাক্তা লৈবা ইমিতনা অশেংবনি
ঐ অমসুং ঐগী ইমি।

আশাগী লৈঙোয় লৈরায়দা
য়ূম শাবা মতমদা
ইমিনা ঐগী লৈঙোয়বু থোনগৎপি।
মম্লবা লম্বেলদসু ইমিনা ঐগী
মঙালগী ফিদা থাবী নুংতিগী
হায়গনু মালেম, ঐবু নাইতোম তাবনি
ঐ অমসুং ঐগী ইমি
অমনা অমগী মরূপনি
ঐ অমসুং ঐগী ইমি।

*(কোনে কয মই অকলশয়ীযা)*

# ঐনা হন্দক মপোক্কী মায়া থাদোক্কুনা

ঐনা হন্দক মপোক্কী
মায়া থাদোক্কুনা চৎপা মতমদুদা
আশা তৌজৈ ঐগী চিতাগী নাক্তা
ঐবু য়াবগী নঙগী পাউখুমদুত।

পামজদে ঐ অরেম্বা মিংচৎ
পামজদে ময়ামগী নীংশিং খূদম,
ফংজরবদি নঙগী পিরাং মরীক অমত্তংবু
ফংজগনি ঐনা ঐগী মমল।

ময়ামগীদমক্তা ঈশৈ অসুম শকপদা
কাউথোক্লম্মী ঐনা নঙবু;
'দুনা ওইরমাল্লে
পুন্সিগী অহৌবমক্তদা
মাঙহল্লম্মী ঐনা নঙবুসু;
মদুই অৰা-মৈচাক্লা
চাকহল্লি ঐবু ঙসিসু
কদায়দবু ফংগদগে ঐগী শান্তি?
ফংজরবদি নঙগী পিরাং মরীক অমত্তংবু
ফংজগনি ঐনা ঐগী মমল।

ঐগী পুন্সিগী লাম্থেং লামায়
য়েংলবদি ফাক্কুনা থেংনগনি
নঙনা পীখিদবা নুংশিবা'দুদা
লৈরম্মী স্বগগী লৈকোল ঐগী
স্বগগী মদুই লৈকোল'দু ঐনা
ফংজগনি নঙগী নথাদতা।
ফংজরদি নঙগী পিরাং মরীক'মত্তংবু
ফংজগনি ঐনা ঐগী মমলসু।

*(মই যেতিয়া এই জীৱনৰ)*

# পীক্লিংদা ফাগী যুগাইনা

পীক্লিংদা ফাগী যুগাইনা
শান্নমিন্নখিবা নঙগা নীংশিংলি;
শজিবু থাগী লুইত তুরেন্দা
ঈরোয়মিন্নখিবা ইবান্নি নীংশিংলি।

যৌবনগী মতমদা ঐখোয়নিগী হকচাংনা
ইকায়না শোক্লখিবা নীংশিংলি;
ঐ নৎত্রবদি থৌরী য়ানগনি
হায়খিবদু নঙনা নীংশিংলি ঐনা।

শজিবু থাগা লোয়ননা নোংমা
লাকখি নোংলৈ-নুংশিৎ অমা,
মদুই নোংলৈদা কনাগুম্ব'মগা
চৎখ্রেদো নঙদি তুং ইন্ননা।
থম্মোয়গী মপুবু থাদোক্লুনা নঙনা
লনগী মপুবু তরাম্না ওকখ্রবা,
লন লন হায়দুনা লনগী প্রেমদা
শাজৎপু নঙনা ফোঙদোকখ্রবা।

মতম ফনা কুইরে খঙহৌদনা নহান
নঙবু উখিবা নীংশিংঙি।
অথাপ্পদগী উরন্মী নঙগী
সনা লীকফাংশিং ইরং-লংই
নঙ নৎত্রবদি ঐনা থৌরি য়ানগনি হায়না
করিগুম্বা খল্লম্লবদি নঙনা
য়াম্না লাল্লে নঙসনাগুম্বী ঐগী
ওইথোক্লুবা মঙলানবু নঙনা মঙলি।

হিংখিনি ঐ—
হিংদুনা লৈনা সমাজ অমবু ঐনা
শেমগনি হায়না ৱাশক্লি
হিংদুনা লৈনা সমাজ অমবু
তঙায়ফদনা ঐনা শেম্মীংই।

(মদুদা) সনাদগী হেন্না মীগী মমল
খজিক্তং ওইরসু হেনগনি
খজিক্তং ওইরসু হেনগনি
খজিক্তং ওইরসু হেনগনি।

*(শৈশৱতে খেমালিতে)*

# অশিববু কোন্দুনা সমাধি মখাদা

অশিববু কোন্দুনা সমাধি মখাদা
লৈররে ইতোমতা তৃমদুনা;
করিগী অমুক হন্না লাক্লিবা
থম্মোয়গী মৈচাকপু চাকহনগে হায়না।

শিরমদাইফাও লৈরম্মী ঐনা
নঙতবু ঙাইদুনা।
মতমদুফাও নঙ লাকখিদে
শংজবসু নঙগী লৈখিদে।

ঐগী অশিবা হকচাংবু ফিঙৌনা
কৃপ্পীরম্মী কনানো'মনা,
হকচাংবু ঐগী কনানো'মনা
লুবিরম্মী গঙ্গাজলনা।

লৈরমগনি নঙদি মতমদুদা শোয়দনা
কনানো'মগীদি নুংশি শৈদাংদুনা
ঐনা লৈরম্মী মীৎকৃপ মশীং থীদুনা
আশাগী পামেল থারদুনা।

লোইনাইদ্রবা শান্তিগী তম্পাক্তা ঙসিদি
ফংজরে পামজবা মফমদু ঐগী
করিগীনোনে ঐঙোন্দা হৌজিকফাওবা
লক্লববু নঙনা তোক্ত্রিবা?
পুন্সি লৈরায়গী ব্বারীবু মৃত্থৎতুনা
করিগীনো নঙনা চৎখিদ্রিবা
অহিংবা মায়াগী কিশিদু থোক্লেনে ঐদি
শিবা কৌবী চান্নবীবু ফংবদা।

*(মৃত্যু সাবিটি সমাধি তলিত)*

# অকনবা নোংলৈ লাক্লবসু

নোংলৈনা ৱা ৱা লাক্লবসু
অমুবা নোংগী মপৈনা অতিয়া কূপ্লবসু
নোংজাউনা জম জম তারক্লবসু
লৈবিয়ুকো নঙদি ইনাক্তা ঐগী।

ঐগী পুন্সিগী অহানবা হিনাউদা
ফল্লকখি নঙনা ইহান হানবা যাত্রী ওইনা
পীবিরদুনা থম্মোয়গী মনিল অশাবা;
উরবসু ঈরৈ কয়া তমথীরবা
লৈবিয়ুকো নঙদি ইনাক্তা ঐগী।

অঙাং নাৱা লান্দুনা নহা ওইরক্লে
নহাদগী অমুক পাখং ফারক্লে,
যৌবনগী ইপোমদা হিনাউ থারুবদা
ফংজখি নঙবু আশাগী পাল ওইনা।

ঐগী থৌশিনগী ঈপাক্তা নঙনা
থৌনাগী সাক্ষী ওইবিরম্মী,
আশা কাযবৈ মিৎলু পিরাং তৈথোক্তুনা
খাঙঙমদ্রবা অৱাববু নংলবসু
লৈবিয়ুকো নঙদি ইনাক্তা ঐগী।

*(হু হু ধুমুহা আহিলেও)*

# কনানা খঙনি নঙগী মঙলান

কনানা খঙনি নঙগী মঙলান
মপূং ফাগদ্রা?
অতিয়াদা লৈবা মহাক্নি
মীওইবগী নোংদম তল্লিবা।
করি মচুনা লায়েক য়েক্তুনা
কনানা পুন্সিবু শেল্লিবা,
অতিয়াদা লৈবা মহাক্নি
মীওইবগী নোংদমবু তল্লিবা।

পুন্সি বীনাবু হরাও তয়াম্না
খোংগে হায়না খল্লবদি
নোংদম্বা মানা তম্বা 'পূম্বা
নোক-নোক্না ইনবা তাবনি—ইনবা তাবনি;
অৱাবদসু মোমোন নোকউকো
মিৎম্না পিরাং তৈথোক্তুনা;
অতিয়াদা লৈবা মহাক্ননি
মীওইবগী নোংদম তল্লিবা।

মীওইবগী পুন্সিদি
থম্নাথক্কী লাইজনি,
অয়ূক মাসু খঙজদেনে
নুমিদাং করি ওইগনি—করি ওইগনি?
কনানা খঙনি কৈদৌঙৈ
পুন্সি য়াইপ তানখিবা
অতিয়াদা লৈবা মহাক্ননি
মীওইবগী নোংদম তল্লিবা।

(কোনে জানে তোমাৰ সপোন)

# লোন্না লোন্না

লোন্না লোন্না কয়াম শান্নগনি
কুম্মৈ অসি আলিঙ্গনগী,
খনহল্লসি লাকও অতিয়া থুংনা
নুংশি চূমথাঙ ঐখোয়'নিগী।

সমাজ অমসুং চৎনবীবু
য়েংহনসি লাকও চান্নবী
থমদদুনা লোৎশিন
ঈপাককুম্ন' থম্মোয় ঐখোয়'নিগী।
যৌবননবু পাপ খঙব্রা
মঙালবু থিং'ঙমব্রা,
ইপোম্নবু ঈপাক্তা
মিরায়ব্রা কৈদৌনুংদা।

নঙগী মিৎস্না অনী
নঙগী চিনবান অনী
মিৎয়েং খূদিং নীংথিজৈ
চিনথেং খূদিং নুংঙাইজৈ;

থিংলবা যূমগী থোঙ-থোঙনাউ
হাংলো ঙসিদি হাংলো চান্নবী
লান্থোরক্লো ঙসি পনখৈ অদো
কাউথোক্কুনা চেৎল' পথাপ অদো
নুংশিবগীবু পনখৈ লৈনব্রা
নোংলৈগীবু ঙমখৈ লৈনব্রা
অয়ূক মাবু কূপশিনবা ঙম্ব্রা
ইকায়বগী লৈতেং শিবিদুনা।

(গুপুতে গুপুতে)

# কনাবু নীংশিংদুনা করিবু থিদুনা

কনাবু নীংশিংদুনা করিবু থিদুনা
করিগী নঙনা ব্রাজরি,
পোত্থা পোত্থা নুংশামপি হোল্লদুনা
করিগী নথম্মোয় লাঙতক্লরি?

কনাগী অভিশাপনা করিগী নীংঙমদবনা
করিগী নথম্মোয় কায়রি,
কনাবু শকখঙলুদ্রে, কনাবু মিরাইরুরে
কনা কনা লাপথোকখ্রে নঙোন্দগী?

করম্বা নোংলৈনা করিবু হুমদোকখিদুনা
পুখ্রে নঙগী করি লাক্লুনা
ফংহৈদববু ফংলে, ফংলগসু মাঙহনখ্রে নঙনা
কদায়দা অমুক মদুবু ফংগনি নঙনা থিদুনা?

*(কাকনো সুঁৰৰি কিনো বিচাৰি)*

# নঙবু কৌবদাইনে পত্রলেখা

নঙবু কৌবদাইনে পত্রলেখা
পত্রদি নঙ ইরকখিদরে
কনানা খঙনি ঐগী অরিবা ঠিকানা
নঙ কাউথোকখ্রমাল্লে।

কনানা খঙনি নঙগী নুংশিবদু
থল্লি কনাগুম্বগীদমক তূংশিন্দুনা
নথম্মোয়দা নঙনা তূমিন্না,
মদুদা ঐগী শরূক য়াওদমাল্লে
নৎত্রগা ঐগী অরিবা ঠিকানা
নঙ কাউথোকখ্রমাল্লে।

ঋতু কয়া'মা হৌখ্রে
ঐগী থম্মোয়গী ৱাহৈ কয়াসু ইবা থোক্তরে
ঙাকপীফমসু ঐবু থোক্তে
অদুনা ওইরমাল্লে নঙগী ওইনবগীসু
ঙসিদি ঙমখৈ লৈতে।

ঐগী লায়েক লীলা ঈশৈ শৈরেংদা
থিরবদি ফংবসু য়াই ঐগী অরিবা ঠিকানা
নঙতনা মদু থিরুদবনি
নৎত্রগা ঠিকানা থিবগী নঙগী
অশংবা কৌবা লৈতবনি।

পত্রলেখা নঙনা করিগুম্বা ঙসি
ঐগী ঠিকানা হংলবদি
পাউখুম ওইনা ফংগনি ঐনা তূমিন্না লৈবা
মরমদি ঙসি ঐদি পোত্থা নাইদা
বেদুইন ওইরে পুন্সি সাহারাদা
লৈত্রে ঐগী ঠিকানা করিমতা।

*(তোমার দেখোঁ নাম পত্রলেখা)*

# পুন্সিগী কপ্পমখৈ

পুন্সিগী কপ্পমখৈ
    ইশাগীদমক তৃংশিনজহৌরে;
পুন্সিগী নোকপমখৈ
    মীয়াম্লক্তা য়েম্থোকখরে।
হে ভাবোক মরূপ, নঙসু খরা লৌররো।
নোকপদুতবু ফংজনবা মশীং নাইদনা ঐনা কপখিরম্মী
মরক মরক্তা কপ্প-কপ্পা ইতোমতা নোকখিরম্মী,
কপ্পনা য়াম্বা, নোকপনা লীকপা পুন্সিগী কৃম্মে অসি ওইরে।
(অদুননি) পুন্সিগী নোকপমখৈ মীয়াম্লক্তা য়েম্থোকখ্রে।

    ময়ামগী থওইবিদবতা
        ফংখিবোইরে মরূপ নঙনা
    অদুননি ঐগী নোকপগী শরূক খরা
        তম্লম্লিবা নঙগীনি হায়না।
হরাও মীনোক্লা থনবা মায়থোঙ লীশীংগী
মঙলান ঐনা মঙলম্মী
উরুবদা মায়থোঙ লীশীং থম্মোয় কায়বগী
ৱাশক ঐনা লৌরম্মী
খজিক কপ্পা, য়াম্লা নোকপগী কৃম্মে ঐসু হৌরগনি।
(অদুননি) পুন্সিগী নোকপমখৈ মীয়াম্লক্তা ঐনা য়েম্থোক্লি
হে ভাবোক মরূপ, নঙসু খরা লৌরসি।

*(জীৱনটোৰে কান্দোনখিনি)*

# অতোপ্পগীদমক

অতোপ্পগীদমক
পুন্সি থাউমৈ
    কয়াম থানখিদগে
    অতৈ কয়াম ৱাৎলিবগে?
অতোপ্পগীদমক
থৱায়গী ঈ
    কয়াম শীন্থুহনখিদগে
    অতৈ কয়াম ৱাৎলিবগে?

    নশাগীদমক খনজবগী শংজবা
        লৈতে লৈতে লৈতে নঙগী
        চাম্মরক হন্না নীংশিংবিরি।

অয়ূক খূদিং ঈনা
    লাই কয়া য়েক্লিবা,
মদুগী লাইয়েক্লা নশাবুতা; তুমগৈ জগোয় শাহনবা
    অতোপ্পগীদমক থৱায় মচু
    অতৈ কয়াম হৈদোকখিদগে?
    অতৈ কয়াম ৱাৎলিবগে?

(আনৱ কাৱণে)

# নুংশিবা ঐগী থব্রায় ওইরিবা

নুংশিবা—
নুংশিবা, ঐগী থব্রায় ওইরিবা
নঙগীদমক মপোক লাংওল্লিয়ে,
ঘাটকী ব্রাংমদা নঙগী
থারিনে হিনাউ ঐগী
শকখঙলিবরা নঙনা, ঐ খঙঙমদরে।

ব্রাহৈ ঃ খঙঙমদরে

মেঙথরক্লবা ঐগী নুমিদাং
ইনিল নাইরক্লুবা ঐগী পুন্সি
উবা ফংলিবরা নঙনা, ঐ খঙঙমদরে।
নুংশিবা, ঐগী থব্রায় ওইরিবা, নঙগীদমক মপোক লাংওল্লিয়ে।

মণিনি খন্দুনা কালনাগপু ঙকশমদা শিরুরে
লৈরাংনি খন্দুনা তিংখংবু শমজীদা থেৎলুরে
নঙনা উবা ফংলিবরা, ঐ খঙঙমদরে
নুংশিবা, ঐগী থব্রায় ওইরিবা, নঙগীদমক মপোক লাংওল্লিয়ে।

লৈরি নঙনা অসোম মায়কৈদা সোমদনা ঐ
অনীগী মরক্তা চেল্লি নীংশিং তুবেল
থোং উ ফংবরা, থোং উ ফংবরা, থোং উ ফংববা
ঐদি খঙঙমদরে।

নুংশিবা, ঐগী থব্রায় ওইরিবা
নঙগীদমক মপোক লাংওল্লিয়ে
ঘাটকী ব্রাংমদা নঙগী
থারিনে হিনাউ ঐগী
শকখঙলিবরা নঙনা, ঐ খঙঙমদরে।

ব্রাহৈ ঃ খঙঙমদরে।

*(চিনাকি মোৰ মনৰ মানুহ)*

## চীং-তম অনীমকপু অমত্তা ওইহল্লগে[1]

চীং-তম অনীমকপু অমত্তা ওইহল্লগে
থাগী লৈবাক্তসু মীনা খোঙদারক্লে।
মীওইবগী থম্মোয়দা নুংশি-থোং শানবা
থোরক্লনি ঐখোয় অঙাংশিং শঙ্গু শঙ্গু থোরক্লনি
করিগুম্বা থোক্লক্লবদি অহলশিংনা কৈদৌনুংদা।

অহলশিংগী ঙাম্মোইরবা সমাজবু
থাজনদবগী অমম্বনা কুপ্লক্লবদি,
ঐখোয় অঙাং নাৱাশিংনা তন্দনবু ওইদুনা
থোরক্লনি কাঙলূপ কাঙলূপ মঙালবু য়েনগে হায়দুনা।

মীওইবগী সমাজদা নুংশি-ঈপাক শেম্বগী
চঙলবসু ঈশিং ফনা য়াম্না
ঐখোয় অঙাংশিংনা নুংশি মরীক ওইদুনা
ঙমখৈবু তাউথহন্নবা থোরক্লনি কাঙলূপ কাঙলূপ
করিগুম্বা থোক্লক্লবদি অহলশিংনা কৈদৌনুংদা।

*(ব্রহ্মপুত্রৰ দুটি পাৰ দলঙে লগ লগালে)*

---

১. হান্নগী মমিংদুগী শেমদোক্লগা থোনজবনি। হান্নগী মমিংগী অর্থদি-- "থোংনা শম্নহল্লবা ব্রহ্মপুত্রগী মপান অনী' হায়বনি।

# য়েংউনে অতিয়া তূমখরে

য়েংউনে অতিয়া তূমখরে
য়েংউনে মালেমসু তূমখরে
তাইবং মালং পূমচীক চীকখরে।

মতম ঐগী চৎনাইদগুম্লি
মিপাইরক্লি
পিরাং ঐগী নূং ওনগুম্লি,
য়েংঙুনে মতমসি লেপকুম্লি।

পাপ ফত্তে খঙলসু ঈরাংনরুই
করিগী করিগী?
খোয়দাবা ফত্তে খঙলসু পূক্লিং লাঙতক্করুই
করিগী করিগী।
কায়নবা ফত্তে খঙলসু পূক্লিং খোয়শাওনরুই
করিগী করিগী?
মদুগী পাউখুম কনানা পীনি
কনানা পীনি?
য়েংউনে মতমসু লেপকুম্লি।

পাউখোং থনবা অহীংদা ঐগী সনামতুম তূমগনি
অচুম্বরা অরানবরা
অচুম্বরা অরানবরা ব্রাহংনরকনি
তাইবং মালং পূমচীক চীকখ্রগনি।

*(অয়, অয় আকাশ শুব)*

# শিলংগী নুমিদাং

শিলংগী নুমিদাং
মঙলান শহরগী নীংথিবী শরৎকী
নীংশিং-নুংঙাই থৌদোকশিংদো,
মচু মচুগী কৈথেল লান্দুনা
হাঙল খোঙনা তিংথৌবু নেত্তুনা
পীক্ল-পীক্ল জ্-জ্ চেনবা
খোংলম মপান্দা;
নোকমিন্নবদা নঙ ঐ
নান্থগে তৌরম্মী অদুঙৈ।

তপ্লা তপ্লা মমশিল্লকখি
অথাপ্লগী খাশী খুল অদো,
ঐখোয়নীনা খঙহৌদনা
অমনা অমদা লূপশিনখিবদো।

থম্মোয় অনীনা ঈহৌ ওইনা খোংলমগী
ৱাংল উচানগী উমংবু লূপহনখি।
কোইপাই কোইপাই পাইদুনা লৈরিবা
তন্দন ময়াম্না
লক্লরম্মী নোক্তুনা
ঐখোয়বু তাউথরবা
নীংথিবী শরৎকী শিঙ্গারৈনি হায়না।

*(শ্বিলঙবে গধূলি)*

## থাবলগী অহীং

থাবলগী অহীং ইমা মণিপুরগী
মফম পূম্বা পূন্নং লংলে
মলয়াগী শউমদা তথোৎনা শাৎলিবী
নীংথিবী শিঙ্গারৈ কেল্লে।

ইরৈবাকসে ঐগী ওম্থোক্লা নুংশিজৈকো
অনৌবা মঙলান কয়া মঙহল্লিদো,
ঐখোয়গী খুঙ্গংগী পীক্লবা তোর্ব্বানদি থব্রানমিচাক্লা ঈরং লংই।
আশাগী থাউমৈ ঙাল্লি লায়রবগী, যূমথোং খূদিংগী।
মদু উরুবদা অমম্বনা
চেনখ্রে খুঙ্গং থাদোক্কুনা।

ঐগী ইরৈবাক্কী নুংশি ঈচেলবু
থৎপা কনানা ঙমগদগে?
তথোৎলবী লৈনানা হাই হুল্লি
ৱাখলগী চেক্লানা কোইপাই পাইরি
সুরদা করম্বা সুরকারগী, ও... ও...।

(জোনাকী ৰাতি)

# চীংনা ঐগী পম্বৌ, তম্না ঐগী পলেম[1]

চীংনা ঐগী পম্বৌ
তম্না ঐগী পলেম
ঐগী থৱায়গী মীহুল অনী
চীং অমসুং তম।

অমত্তা ওইবা অতিয়া নুংশিৎ
থৱায় অনীগী নুংশাম্বব অমত্তা
চেক্লা'নীগী খোম্লোক অনীদা
চেল্লিবা বাগসু অমত্তা।

চীং-তমগী ঐঙোন্দা খেন্নবা লৈজদে
ঐদি মাযকৈ পূন্নবদা লৈজে
ককচীংগী লবুক্তা শৃজববসু
ঈশৈদি ঐহাক উখুলগী শকচৈ
তেনৱাগী মশা খপ্তুনা ঐহাক লৌবূক অনীমক্তা চাক্তাজে,
চীং-তমগী ঐঙোন্দা খেন্নবা লৈজদে
ঐ মাযকৈ পূন্নবদা লৈজে।

অমত্তা ওইবা প্রেম আশা
কপ্প-নোকপগী লোনসু অমত্তা
থম্মোয নুংদা অৱা-নুংঙাইগী
চৈনাখোলসু অমত্তা
ও ঐগী থৱাযগী মীহুল অনী
চীং অমসুং তম।

*(গংগা মোৰ মা)*

---

১ হান্নগী মিংদগী শেমদোক্লগা থোনজবনি। হান্নগী মমিংগী অর্থদি 'গঙ্গা ঐগী পলেম কৌই।

# অগ্নি যুগকী মৈরীক্লি ঐদি

অগ্নি যুগকী মৈরীক্লি ঐদি/ অনৌবা অসমবু শেমগনি
পূমমাঙ মাঙজখ্রবশিংবু নৌনা অমুক ফংহনগনি
অনৌবা ভারতপু শেমগনি।

শরদ্ম পোলাংগী খূৎলায়না/ ওৎ-নৈরিবশিংবু হাৎকনি
পূম্মাঙ মাঙহনখ্রবশিংদা নৌন'মুক ফংহনগনি।

ধর্ম ললোনবশিংগী মফম লৈরোই মদুদা
জাৎ-বিজাৎকী নাপলবুসু মাঙহনগনি মদুদা
শোক্লা-পন্না য়াদবগী লৈইবু
ইখূৎমক্লা মূৎথৎকনি
অনৌবা ভারত শেমগনি।

হিন্দু, মুসলিম, হরিজন, চীংমী
বড়ো, কোঁচ, চুতীয়া, অহোম, কছারীগী
থম্মোয় থূম্না অমৃত চেলহনগনি
ব্রাখল পূকচেল খেন্নবগী
লৈপলবু থুগায়দুনা
মান্নবা স্বর্গ অমা শেমগনি
অনৌবা ভারত শেমগনি।

(অগ্নিযুগৰ ফিৰিঙতি মই)

# মশক নাইদ্রবা অহীংসে ঐগী

মশক নাইদ্রবা অহীংসে ঐগী
অচীকপগী লংদোম্না শারবা
ইন্নফি অমগুম শংবান্নরবা
মদুগী নীংথিবা ফিদূপ অমগী মরক্তা য়াওরি
লুম্বু লুম্বুরবা মনিল হোন্দোক্লক্লিবা স্বরগী
অদুগা নুংঙাইবদু তগৎ তগৎলবা নুংশিবগী
অচীকপগী লংদোম্না শারবা ইন্নফি।

ঙসিগী চীক্ল অহীংসিদা
ইরোইরি ঐনা পেন'নাইদনা
মনিল নাইদ্রবা নুংশি ঈচেলদা
চেলহল্লিবা ইঙা ইঙেল কয়ানা
অচীকপগী লংদোম্না শারবা ইন্নফি
মদুগী নীংথিরবা ফিদূপ অমগী মরক্তা য়াওরি
লুম্বু লুম্বুরবা মনিল হোন্দোক্লক্লিবা স্বরগী
অদুগা নুংঙাইবদু তগৎ তগৎলবা নুংশিবগী।

খোয়দাবা ব্রাহৈনা
মাগী নুংশি ব্রাহৈনা
খোম্থাং ওইনা য়ৈরকই
শেংফাৎত্রবা খোম্হোক্লা
তিল্লখি অমত্তা ওইনা
ঙমখৈ পূম্বা থুগাইদুনা
তশেং তশেংলবা চীনবান্না
তনীক তনীক্লবা চীনবান্না।

পথাপ থুগায়বগী পথাপ্নি মসি
পথাপ চুম্বা লম্বেল পামজবগী
নুংশিবনা পাউখুম্লকপা নুংশি চৈথাগী
লীলানি মসি শংবান্নরবা অহীংগী।

অথাপ্পদা নীল্লি মিকপ মীরাওখোল
থম্মোয় কায়বা তুরেল তোর্ব্বান'মগী
ঙসি ঐ মাগী নীংঙমদবা লৈত্রে
তাউথরে ঐদি ঈপাক্কুদা আলিঙ্গনগী।
অচীকপগী লংদোম্না শারবা
শংবান্নরবা ইন্নফি
মদুগী নীংথিরবা ফিদূপ অমগী মরক্তা য়াওরি
লুম্বু লুম্বুরবা মনিল হোন্দোক্লিবা স্বরগী
অদুগা নুংঙাইবদু
তগৎ তগৎলবা নুংশিবগী।

*(বিমূর্ত মোৰ নিশাটি)*

# অসম ঐগী শকহেনবী

অসম ঐগী শকহেনবী, মগুণদসু তাবা নাইদ্রবী
ভারতকী নোংপোক মায়কৈগী নুমিৎনা থোরকফম ওইরিবী।

অয়ূক নুমিদাং খায়দনা থিরুবদা পুন্সি চূপ্পা
ইমা অসম নঙগুম্না মতম পূম্বদা শংবান্নবা
অসুক লৈহাও চেনবদি ফংদ্রিনে অমুক্তা।
ভারতকী নোংপোক মায়কৈগী নুমিৎনা থোকফম ওইরিবী।

শজিবুদা ইমা নঙনা কোয়চেন চেল্লি পাঙন্দেমবু ওইদুনা
ৱাকচীংদা সনা খূজোক অনীনা ইমা লক্ষ্মীবু ওকপী নঙনা।
শরৎকী অহীংদা থৱান্মিচাক ময়াম্না শন্নাং নঙগী ঙাম্ভোইহনবা
ভারতকী নোংপোক মায়কৈগী নুমিৎনা থোরকফম ওইরিবী।

চূমথাঙগী মচু তরেৎনা চীং তমবু কোনশিল্লিবা
খোয়থুম্নরবা নঙগী লোলনা নুংশি থোংবু শেল্লিবা
পাকচাউরবা তোর্বানবু লোহিত নঙগী হন্না হন্না খুরুমজরি
পোকচবগুম লমদমসিদা, শিজবসু লমদমসিদা নিজরি।
ফজবগী তূংনফম ওইবা থিদুনসু ফংলোইদবা
ভারতকী নোংপোক মায়কৈগী নুমিৎনা থোকফম ওইরিবী।

*(অসম আমাৰ ৰূপহী)*

# ভারতকী দলিত

আশাগী মঙাল ওইরবা ভারতকী দলিত হে মহাত্মা গান্ধী
নহাকপু ঐনা খুরুমজরি।
মোহনগী শক্তম লৌরদুনা জগৎ পুম্বা শুমহত্তুনা
প্রেমগী থৌরীনা কিশিনবিখি।

ধর্ম পুম্বগী অর্থবু খঙজিল্লগা
বিশ্বপ্রেমবু নৈনরগা
মীওইবগী মগুণনা মহেল্লে হায়রদুনা
অমৃত বাণীবু শন্দোকখিবা।

চরা নামা হেঞ্জবা লৌমীগী শক্তম্মদুনা
ঙম্বমখৈ অরীকপা ফিজোল থোনজরদুনা
মিপাইজদা ঈং তপ্পা দধিচিগুম
কাম-ক্রোধ-লোভ থাদোক্লমদুনা
নদোমতনা মঙালবু পুবিরকখি
অৱাবগী থাশিবু তাম্থোক্লমদুনা।

(দলিত ভারতর)

# যুগ যুগ চূপ্পা

যুগ যুগ চূপ্পা
কাঙলূপ খরনা
অতৈ কয়াম নৈহৎখিগদগে?
অনৌবা নুমিৎপু মুরবা নোংদুমনা
অতৈ কয়াম কূপখিগদগে?
মখোয়না লৌশিংনা মায়খূম উপতুনা
নমথাক কয়ামুক তৌখিগদগে?
মখোয়গী মায়খূমবু হাংদোকপিনবা
ৱাশকপু কনানা লৌগদগে?
নহাক্লা!! নহাক্লা!! নহাক্লা!!

সমাজগী ঈ চূপ্পা মীওই খরনা
লায়র শিন্মীবু নমথাক তৌগে খনবা
অৱা খঙদনা মতোংতা চারিবশিংনা
(করিগুম্বদা) থৌশূগী মমলবু খঙবিদ্রবা
মদুদা কি-নাইদনা মায়োক্লনা য়েৎকদবা কনাননো?
নহাক্লা!! নহাক্লা!! নহাক্লা!!

করিগীনো অমত্তা ওইবা সমাজগী
যূমথোঙ অনী থোক্লিবা
অমনা অমম্বা অমনা মঙালনা থনবা,
অমদনা চীঞ্জাক পৈরি চীংজাওগুম
(অদুগা) অতোপ্পদনা চরা হেনবগী তেংথাখোল
মসিগী খেন্নববু কোকহনগনি কনানা?
নহাক্লা!! নহাক্লা!! নহাক্লা!!

লৈহাও চেন্দ্রবা থম্মোয়শিং খোইগাইদুনা থৌগৎপিদুনা
থৌশূগী মহৈবু চপ মান্ননা য়েন্নদুনা
কেমখ্রবা পুন্সি কয়ানা ময়োল চোংখৎলক্কুনা
অনৌবা অঙ্কবু তরাম্না কোনশিন্দুনা
ঙসিগী অমত্তা ওইবগী মালেম শেমগৎকনি কনানা?
নহাক্লা!! নহাক্লা!! নহাক্লা!!

*(যুগ যুগ ধৰি)*

# সাগর সংগমদা

সাগর সংগমদা ঈরোয়রুরে কয়ারক
অদুমকপু ঐ চোকথদ্রিনে
অদুমক্তুদা পূক্লিংগী প্রশান্ত সাগরগী
কল্ল' ঈরৈ ঙসিসু তপথদ্রিনে।।

ঐগী পূক্লিংগী প্রশান্ত সাগরগী মথাদা
জোয়ারগী ঙসি লোইখম নাইদ্রিবা
ঈথকশিংনা অনৌবা লম্বীগী পুরক্লি আশা লোইনাইদবা
অদুননি পূক্লিংগী প্রশান্ত সাগরগী কল্ল' ঈরৈ ঙসি তপথদ্রিবা।।

প্রশান্ত মপানগী পুন্সি কয়া কয়াগী
শান্তিদা ঙসিদি শীংনরক্লি
অনৌ অনৌবা খূৎশেমবু মিতম্বালশিংনা থুগায়রি
নুংশি হৈতনা লেপ্পাইদনা। অদুননি— ।।

অকায়-অতোয়গী চৈথেং-চৈনাখোলনা
পুথোরক্লি শেমগৎপগী লান্মী মশীং নাইদনা
চৈথেংদুনা ঐগী প্রশান্ত সাগরদা পুরক্লি চাওখৎপগী অনৌবা অতিয়া
অদুননি— ।।

লুরবা প্রশান্ত সাগরগী পাঙ্গলনা
অকায়-অতোয়বু চেলহনখ্রে মায়কৈ-শলাই খঙহন্দনা
শেমগৎপগী থৌনা পীনবিরে মীয়ামগী শান্তি খোঙচৎনা।
অদুননি— ।।

*(সাগৰ সংগমত)*

# নিংথমথাগী চোৎশিল্লবা অহীং

নিংথমথাগী চোৎশিল্লবা অহীং
    চোৎশিল্লবা নিংথমথাগী অহীং।
ফিজোল লৈজদ্রবা লৌমী কনা'মগী
কায়থরক্লবা খাংপোকশঙগী
হুৎ-হুৎতুনা চাক্লবা
ফুঙ্গাগী ৱাই মপৈগী
মৈনিল অদু ঐ ওইজনীংঙি।

    নিংথমথাগী চোৎশিল্লবা অহীং
    চাবা ফংদ্রবা শিন্মী কনা'মগী
    থৱায়নুংদা লোত্তুনা লৈরিবা
    অরাম-খৌরাং মৈচাক্লা খংকন কনখৎহল্লকপা
    কল্লবা পাঙ্গল ঐ ওইজনীংঙি
    পাঙ্গল ওইজনীংঙি ঐ ওইজনীংঙি॥

নিংথমথাগী চোৎশিল্লবা অহীং
অপীকপা কাঙলূপ কনা'মগী
কিথুক্লরবা থম্মোয়গী খোঙ্খোক্লবা তেংথাখোল
ওইজদুনা থৌনা ঐনা ফোঙদোকহনবা ঙম্বগী
মিপাইদনা পূক্লিং লৈতাহনবা ঙম্বগী
কল্লবা লানবন ঐ ওইজনীংঙি; লানবন ওইজনীংঙি।

    নিংথমথাগী চোৎশিল্লবা অহীং
    খোঞ্জেল লেপখ্রবা শৈশকপা নীংথিব'মগী
    শক্লদ্রবসু ঐনা য়াকাইহনবা ঙম্বা
    অমর ওইরবা ঈশৈ অমগী
    অমৃত চেনবা খোঙ্খোক ঐ ওইজনীংঙি॥

*(শীতবে সেমেকা ৱাতি)*

# দোলাই হে দোলাই

দোলাই হে দোলাই, হে দোলাই, হে দোলাই
থেকোই নাকোইরবা লম্বেলদা থাংলি ঐখোয়না
অঙম অথৌ কয়াগী দোলাই।

তরাম্না ওক্লে লায়র শিন্মীগী পুন্সি
হকচাংগী অৱাবা থিদদুনা
হেইয়া হো হেইয়া হো হেইয়া হো হেইয়া।

দোলাই মনুংদা লংত্রিক লংলি
মুগাগী কোকয়েৎ ইনাক খুনবগী
তোয়না তোয়না উরি চীং লেম্না হাই হুন্নি
চূড়া অদো অঙৌবা কোকয়েৎকী।
ঐতনবু ইচাদা হন্দক্কী শজিবুদা
পীহৌদ্রে ফূরিৎ'মতা ফিজমগী
শীস্থরক্লসু মীৎলু পিরাং থম্মোয়নদি নীংহন্দনা
চৎলি ঐনা দোলাই পুদুনা।

যুগ যুগ চূপ্না ননশিনবিরকপা পুঙম থাংঙমদ্রবা পোৎলূমবু
খাঙলি ৱানা লেংজুম্না ঐগী
তূমখূল হুল্লি দোলাইনুংদা
অঙম অথৌশিংনা নীংঙাইদনা
ঐখোয়খক্তগীনি হুমাং মরীক শীস্থরক্লিবা লেপ্লাইদনা।
কারি চীংদোল ৱাংল' চীংগী
খোঙথাং মান্নরা থাংমিন্নরি
নাস্থহনগুমসি লেংজুমদগী
দোলাই অঙম অথৌশিংগী।
দোলাই রাজা মহারাজাগী।

*(দোলা হে দোলা)*

# থুগাইয়ু! নূং থুগাইয়ু

থুগাইয়ু! নূং থুগাইয়ু
থুগাইয়ু, থুগাইয়ু, হে থুগাইবা মী! নূং থুগাইয়ু।
হুমাং চোৎপা নঙগী হাঙল' নঙ্গন
চেকখায়রি কল্লবা নুংশা মৈশাদা
পোকথোক্লি খোঙপাক নঙগী থোৎলবা
শারবা ঙাঙ্ক্রান্নবা লৈবাক্তা
অদুমক্তদা নঙগী নগুণবু শোনবিনবা লৈতে কনানসু
থুগাইয়ু! থুগাইয়ু! হে থুগাইবা মী! নূং থুগাইয়ু।

অতিয়া শোক্লুম নূংজাও অমুবা
মকোক থাঙ্গৎতুনা যুগ যুগ লৈরক্লবা
খল্লি লৈজদে পীক্ল পীক্ল মীওইশিংগী
থুগাইবগী পাঙ্গল কল্লবা নূংগী মূর্ত্তিগী।
খল্লি লৈতে লৈতে লৈতে মায়োক্লনবা মখোয়গা।

নখূৎনা লৈকং অদু তৌখায়জৌ
পীকখ্র' নূংকূপ্না লম্বেল শক্লাইববু শাজৌ।

নখূৎনা শাজবা লম্বেলদুদা লাক্লিবা
যুগকী সভ্যতানা খূমাঙ চাওশিল্লকই
নঙদি নূংনা ইতিহাস ইবনি
নঙদি অমত্তা ওইবগী মচু শঙবনি।

*(ভাঙ্! শিল ভাঙ্)*

# ঐগী নুংশিবনা নুংশিববু

ঐগী নুংশিবনা নুংশিবগী খোঙ্গুল লীরি
খোঙ্গুল লীরিনে নুংশিবগী ঐগী নুংশিবনা
নোংজু থাগী ঈহৌরকপা ঈচাওনা
ঐগীদমক্তা পুবিরক্লি
অনৌবা পুন্সিগী পাউজেলনা থল্লবা
ঈচেল কল্লবা তুরেল অচৌবা অমা।

নাইতোম তারবা লম্বেলদা ঐনা
অপনবা চা কয়াবু থুগাইরদুনা
ঊফূলনা থল্লবা মালেমবু শেন্নমগনি স্বর্গ অমা
চূমথাঙগী ফজরবা মচু শঙলদুনা
অনৌবা পুন্সিগী পাউজেলবু পুদুনা।

ঐগী অতিয়াদি ঙালহনগনি ফংজবগী অপেনবনা
মমহল্লোই খক ফংদবগী চৈনাখোলনা
ঐগী পূক্লিংগী নুংশি লৈরায়বু থুগাইরদুনা,
করম্বা নোংলৈনো ঙসি হৌরক্লিবসে
অনৌবা পুন্সি'মগী পাউজেলবু পুরক্কুনা।

*(মোৰ মৰমে মৰম বিচাৰি যায়)*

# * কঁহুব্রাগুম তমোল্লবা নঙগী নুংশাম্বর

কহুব্রাগুম তমোল্লবা নঙগী নুংশাম্বর
শিঙ্গারৈগুম তথোৎলবা মীনোক;
খোয়থুম্লরবা বাঁশীগী সুরগুম নোক্লকখিবা নঙগী খোঞ্জেলনা
লীক্লানা য়োল্লবা তগৎ-তগৎলবা লৈকা ফন্না শাৎলিবা লৈরাংগুম্না
ফজরবা নঙগী চেংলৌ উরুবা
খঙহৌদে থম্মোয়সে ঐগী হূখিবা।

খঙহৌদনা ঙসি শক্লি ঐ
নুংশি' থনবা পুন্সি ঈশৈ
তারগা মদুবু মরাঙ হৌখি
থম্মোয় ঐগী নুংশিবীগী
লক্লরদুনা ঐখোয়নীবু
কোকিলনা কুহু খোংলকখি।

শর শর কেনবা ঊনাথক্তা
লীক্লাগী নোংজু চুরকখি
থম্মোয় হকচাং অনীমক্তা
নীংতম নুংশিৎ শীৎলকখি;
শিঙ্গারৈ চাইরবা ফমুংদুদা হীপ্লম্মী ঐখোয় অনীনা;
হীপ্না হীপ্না য়েংলম্মী নোংমদোন্দা
নীংতম উচেক্কী কূম্মৈ মকা লাম্লবা
খঙহৌদনা ঐখোয়নীসু শান্নরকখি
মরাঙ হৌবা কূম্মৈ অদু নীংতম্বগী।

*(তোমাৰ উশাহ কঁহুৱা কোমল)*

* *কহুবা ঃ য়েঙ্কৌ মপানগুম্বা অমোম্বা মপান অম*

## থায়নগী ইতিহাস

থায়নগী ইতিহাসকারনা ইরম্মী
ৱারী রাজা মহারাজাগী
হৌজিক্কী ইতিহাসকারনদি ইরি
ৱারী মীয়ামগী নীংতম্বগী।

মিশর লৈবাক্কী নীল তুরেল মপান্দা
ফল্লাহীনা তেংথারি
লৌমীশিংগী থম্মোয় কায়বা ৱারীবু শোল্লদুনা।
মিশিশিপীগী মপান্দা লশিংগী লৌবুক্তা
নিগ্রো জোননা তেংথারি
মীয়ামগী কুচুগী ৱাবু পল্লদুনা।

লুইত মপান্দা খুঙ্গংগী মোংফমদা
রংমননা নুংতিগী লাউরি
থম্মোয়দা প্রেম ঈচেলগী ৱারীদু লীরদুনা।
কাউথোক্লে ঐসু ইতিহাসনা শকপা
মীওৎ-মীনৈ যুগকী ৱারীশিং
মতমগী থৌনানা ইবা হৌরবনি ঐসু ঙসিদগী
মীয়ামগী নীংতম্বগী ৱারীশিং।

(অতীতৰ বুৰঞ্জী)

# পাক্ল’ লৈরাযগী

পাক্ল’ লৈরাযগী
মশীং নাইদা মীয়ামগী
তেংথাখোল তাদুনসু
খোল থোক্ত’ লোন থোক্ত’
হে লির’ লুইত নঙবু;
লির লুইত নঙ চেল্লি করিগী?

নীতিবু মীওইবগী কায়থরকপা উদুনসু
লমচৎপু মীওইবগী মাঙথরকপা উদুনসু
ইকায় নাইদা তন্দে মান্দে চেল্লি করিগী?

জ্ঞান য়াওদবা ময়েক চত্তবগী
চাবা ফংদ্রবা নাগরিককী
লুচিংবা লৈতে উদুনসু নঙ লোল থোক্লি করিগী?

নোংজুথা লিশিং কয়াগী
ময়াই কারবা নগুণনা
পঙথরবা মীওইশিংদা
অথৌবা লাম্মী অমদি
লুচিংবা ঙম্বা অমা
শেমদ্রিবা করিগী?

মীওই খূদিংনা করিগুম্বা লন্নাই শাজৎ চৎলবা
কাঙলূপনসু অপূনবদগী তোখাই তানরবা
অদুগুম্লবা মরা শোনবা সমাজবু থুগায়দ্রিবা করিগী?
নঙবু হায়নবদাইনে ব্রহ্মাগী মচানি
মপাগী গুণবু নঙনা অরেম্বা তাহল্লি
নংত্রবদবু মীয়ামদা থৌগৎপিদ্রিবা করিগী?

ময়াই কার' ঈচেলনা
কুরুক্ষেত্রগী
শরশয্যাদা
য়াতারিবা
ভীস্মগুল্লবা
মশীং লাকওমদ্রবা বীরবু
হৌগৎহন্দ্রিবা করিগী?

(বিস্তীর্ণ পাৰৰে)

## অহানবা নত্তে অনীশুবা নত্তে

অহানবা নত্তে অনীশুবা নত্তে
অহুমশুবা কাঙলূপকী যাত্রীকনি ঐখোয়
পুন্সি রেলগী দব্বাদা ঐখোয়
অহানবা নত্তে অনীশুবা নত্তে
অহুমশুবা কাঙলূপকী যাত্রীকনি ঐখোয়।।

হেক হেক মরক মরক্তা
রেল অসিনা খোংলকই;
ফংদবগী চৈনাখোলনা মৈরীক ওইনা পাইরদুনা
থম্মোয় মৈচাক্কী লমজীংব'মা ওইরকই।।

ইশাগা লোয়নরি চাউর-চাউরবা পোৎলূম উপুগী
উপুদুদি, থল্লি পিরাংনা হৌখিবগী,
ঐখোয়গী পিরাংনা মনিল কাহঞ্জরদুনা
মনিলদুমক্লা ওইহল্লি ঐখোয়বু খূমাঙ চাওশিনবা।।

অহুমশুবা কাঙলূপকী খোঙলোয় যাত্রী কয়ানা
অন্নাবা অহীং হৌশ্রগা নুংঙাইরবা নুমিৎতু য়েংমিন্নরগনি পূন্না
য়ৌরুগনি পম্বুংফম ময়াম পূন্না তিন্নদুনা
অহানবা নত্তে অনীশুবা নত্তে
অহুমশুবা কাঙলূপকী যাত্রীকনি ঐখোয়।।

*(প্রথম নহয় দ্বিতীয় নহয়)*

## পাঙ্গল্লবা ব্রহ্মপুত্র, মীয়াম পূন্নফম তীর্থ

**ব্রাহৈ ঃ মশাগী শক্তম লৌজরদুনা শজিবু কদায়দা লাক্লিবনো?**
**ব্রহ্মপুত্রগী তোর্বান অনীসিদা নৎত্রনে?**
**অদুদি, ব্রহ্মপুত্র অসিগী মগুণবু করিনো?**

পাঙ্গল্লবা ব্রহ্মপুত্র, মীয়াম পূন্নফম তীর্থ
যুগ কয়াদগী ফোঙদোক্লুনা লাক্লি
অমত্তা ওইবগী অর্থ।

অথাপ্পা কন্যাকুব্জদগী লাকখি বারভূঞা,
শাগৈদুদা মফমসিমক্তদা পোকখিবনি শঙ্করদেব,
মরু-লৈবাক্কী আজান ফকীরনা
লেংলম্লে জিকির নীংথিরবা,
য়েক্লক্লে হস্তী-পুথিসু মফমসিদা লাক্লুনা দিল্লীদগী দিলবারনা
পঞ্চনদীগী তেগ বহাদুরনা ধর্মগী থোং শারম্লে
অমত্তা ওইবগী লেঙফদ্রবা অচুম্ববু ময়ামসিনা উৎলম্লে।

অথাপ্পদগী য়েক্লববু শরাইঘাটমক্তদা লাচিতনা মাঙদা থৎলম্লে,
জাতি ধর্ম লোল পূম্নমক লৈবাক নুংশিবনা পূল্লম্লে
কীরাটপুত্র বিষ্ণু রাভানা মরমদমগী সংস্কৃতিবু তাক্লম্লে
লেঙফদ্রবা অচুম্ববু অমত্তা ওইবগী ময়ামসিনা উৎলম্লে।।

পদ্মা তুরেল
পদ্মা তুরেলগী ঈরৈ মায়োক্লদুনা মীওই চা কয়া লাকখরে
লুইতকী তোর্বান অনীনা অতিথি কয়াবু তরাম তরাম্না ওকখরে
খরা লৌশিনবা খরা পীথোকপা, অমত্তা ওইগে খল্লবদি,
তিন্নবা তাবা তিন্নহনবা তাবা ব্রাহৈসি রবীন্দ্রনাথনসু হায়রম্লে।
অগ্রবাল জ্যোতিনা মফমসিমক্তদা জ্যোতিগী ঈচেল চেলহল্লে,
মীরমচত্তবশিংগী ফত্ত-ব্রাখলবু জ্যোতিনা পূংমূৎ মূখৎখ্রে।

*(মহাবাহু ব্রহ্মপুত্র মহামিলন তীর্থ)*

## চীং তমগী

চীং তম অনীগী তিন্নফমদুমক্তদা
লৈরন্মী ঐগী মরূপ অমা মতম অমদা।
লূরবা মঙালনা চাইরবা
সনাগুম লংলবা নুমিৎশিংদো
অয়ূক নুমিদাং পূন্না কোয়মিন শান্নমিন্নবদো;
মদুই অচীকপা অয়ূক
মদুই সুর য়াওবা শৈহেক
ঐখোয়নীনা পূন্না খোংখি বীণা;
সনা ফৃদোংলবা সনাগুম্লবা নুমিৎশিংদো
লূরবা মঙাল চাইরবা
সনাগুম লংলবা নুমিৎশিংদো।

অৱাংবা উচাল পাম্বীগী
মমি তারবা লৈবাক্তা
নোং অমসুং লৈচিলগী
তথোৎলবা তস্পাক্কী
মায়াগী লৈবাক্তা
কান্তুককী মনম চেল্লবা
থৱায় থাখ্রবা কয়াগী
ঙাক্লান্নবা ঈনা
মচু শঙলবা মালেম
পাইখ্রে কদোমদনো
সনাগুম লংলবা নুমিৎশিং।

চীং অমসুং লুইত অনীগী
অতিয়া মখাদা

নঙনা খোংবা চিফুং বাঁশীগী খোন্থাং,
ঐখোয় অনীনা
    অমত্তা ওইনা
পুরক্লসি লাকও নৌন'মুক সনাগুম লংলবা নুমিৎশিং;
নূরবা মঙাল চাইরবা
    সনাগুম লংলবা নুমিৎশিং।।

(পাহাৰ ভৈয়ামৰ)





